# "ৱাহৌদোক"

লোৱার প্রাইমারী স্কুলদগী কে লেজ ফাওবা, হৌজিক লায়-রিক তম্লিবা ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মশীং লাখ অমা ফাবা য়ানা নৈ। মখোই অসিগী মনুংদা — ৱারেং-শৈরেং লেংঙনা স্কুল অমসুং কোলেজ মেগাজিন্দা, অতোপ্পা চেকোংদসু, ফাংনিংবা হায়বদি সাহিত্যগী সেবাদা মপূক্লিং চংবা, ছাত্র-ছাত্রী কয়া য়াউরি। মখোই-শিংগী মনুংদা থর'মনা, হয়েং তুংদা মণিপুরগী কবি অকাউবা ওইরক্কনা মীরৈপাক্কী কবি অচৌবগা লাম্না ল্তোনজনা মণিপুরী সাহিত্যগী ইজ্জৎ সন্মান ওাকদৌরিবনি। ছন্দ অমসুং রসগী মশক খংনব লায়রিক লৈজবনা মখোই হৌজিক নিয়ম নাইদনা মপুক-থোক্না লেংঙনা ফোংবা অমা, নত্রগা কনাগুম্বা অহৈবা মী অমবু লেংহল্লগা ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মমংদা ফোংবা অমা, অসুম তোনরি। থক্কৌয়ু! অসুম চথরবদি, ছাত্র-ছাত্রীশিংগী চাউথক্নুংগী লমেন্দা করাদা মপনবা ওইরিবনো? ছাত্র-ছাত্রীশিংবু সাহিত্য জ্ঞান্দা হৌজিক চাউগৎহৌরবদি, মণিপুরী সাহিত্য করম্বু চাউথংকদগে? অনৌবা যুগ অসিদা মণিপুরী নাইতোম ঙানা লৈথহোবা য়াগে। মীগা মান্নবা নোমনদবা য়াদবা মতাং লাকলে। অনৌবা যুগকী অনৌবা ভাবক্কী মণিপুরদা, অনৌ-অনৌবা সাহিত্য মচাক, মণিপুর সাহিত্য লমৈদা হাপচিল্লকবা য়াগে — থিজিনহৌত্তনা, অঙম্বা মথৈ মতম অসিদা, সাহিত্য প্রেমীশিংনা।

ইং ১৮৯০ গী জানুয়ারীগী তাং ৭ ত পোকপা ঐগী চহি মতাংনা জ্ঞানগী থাওমৈ মঙাল শিথরবস্ত ইমা মণিপুরী সাহিত্য লুংশিমনবগী

অমসুং মণিপুরগী ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মশাদা ছন্দ-রস জ্ঞানগী মঙাল তাহন্নবীংতুনা অরাবা শিদনা হৈংং খোরবতুনা, ছন্দ লায়রিক মচা অসি উদাহরণগা যাউনা লেংখোকচরে। উদাহরণগা কোম্নবা কাব্যরস মাপলগী অকুপ্পা মরোলগা সন্ধি সমাসনচিংবা মৈতৈ ব্যাকরণগী মরোলগা, অতোপ্পা মরম থরম্ হাপচিল্লরে। যাম্না প্রাচীন ওইবা বিশুদ্ধ "ছন্দো-মঞ্জরী" গ্রন্থগী মত লৌরক্তুনা বৈদিক ছন্দগী শরুক মখৈ হৈবনি। ছন্দ-রস লায়রিক্কি ব্যাকরণগী অচৌবা শাখা অমনি। অসিগুম্বা লায়রিক, অতৈ প্রদেশদা স্কুলগী পাঠ্য পুস্তক ওইরে। লায়রিক অসিগী মথা তাখিনিংঙাই শরুক অরা নৈ। মণিপুরগী শিক্ষা কর্তৃপক্ষনা অমসুং মণিপুরী সাহিত্য হুংশিবা ভদ্রলোকশিংনা হুংশিবা মিৎয়েং চংব ররদি অনিশুবা শরুক অমসু থুনা ফোংবগী আশা তৌরে।

## সাহিত্যদা মথবাই য়াম্না য়াউবা ছাত্র ছাত্রীশিংগী মকমদা হায়রবা।

মণিপুরী সাহিত্য অসি, য়াম্না রাংবা থাক্তা পুথত্তুনা, মীরৈ-পাক্কী সাহিত্যগা লাম্না তৌনগে হায়না নীংলবদি, মথাদা ইরিবা হিরমশিং ( Subjeots ) য়াম্না হৈনবা নখোয় তমহোৌগদবনি মশুদি :—

১ ব্যাকরণ অমসুং ছন্দগী মরোল শুনা হৈনবা তম্বা।

২। মণিপুরী ভাষাগী শব্দ - অরী-অনৌ, লরাই-ইস্ফালদা হৌজিক লোম্নরিবা রাইশিং শুনা থংবা।

৩ পাউরো অমসুং নাতৈ রাইগ ময়াম ( Proverbs and Idioms)।

৪। মথক্তা হায়খিবা ময়াম শিক্তিগ্রক্রম হৈবা।

৫। মৈতৈরোনগী মফমদা চম্নরকইবা অতোপ্পা ভাষাগী শব্দশিং।

৬। হিন্দী, সংস্কৃত অমসুং ইংরাজী ভাষা ও হৈবা; অহুম মক তমত্রবস্ম অনিদি হৈতবা য়াদে: হায়রিবশিং অসি নিংথিনা হৈরবদি, মণিপুরী সাহিত্য লেংহনা মীগী কবি অচৌবগা পাবদা নমাই পাক্কনি।

কাওয়োইদবদি;

| | |
|---|---|
| মীরোক্নয়া হোৎস্রে, | পৃথী লেম্নদগী; |
| কয়া কয়া মাংত্রে, | হৌজিকয়া হোরি; |
| কয়াস্ম মাংগ্রনি, | কয়াস্ম হোৌরনি; |
| মাংদবা পোত্তদি, | ভাষা সাহিত্যনি। |

মাংদবা পোৎ হায়বদি অমর ওইহৌবা, সাহিত্যগী সেবা তৌতুনা. ছাত্র ছাত্রী নখোয়সু অমর ওইহৌরো— মিংচৎকী উরোং খিলহৌতুনা।

| | |
|---|---|
| ৺গান্ধীগী অহিংসা, | খোরাংগী মপান্না, |
| স্বাধীন কংলবা, | ভারতকী মাতা, |
| মাতা ফুংঙাইনবা, | ৺নেহেরুগী শীল্লাং ; |
| চহি কুমজাদা, | খুচ্চীংনা মঙাদা, |
| শেল্লবা যোজনা, | দেশ চাউখত্নবা, |
| হিরম খুদিংদা, | পুখহৌদনবা , |
| ভারত অনৌবা, | যুগসু অনৌবা ; |
| অনৌবা আশানা, | প্রদেশ খুদিংনা ; |
| শিল্প সাহিত্যদা, | সঙ্গীত বিদ্যাদা, |
| অতোপ-অতোপ্প | শিল্পম মরমদা ; |
| লমজেন্ তাম্নরি, | অমগা অমগা, |
| থরাই খুবাক্তা, | হাগু্না. হেন্নবা। |
| মণিপুরী মচা, | সঙ্গীত বিদ্যাদা ; |
| লমজেন থোইরে ; | হৌজক অসিদা ; |
| হিরম অতৈদা, | পুখহৌরি য়াম্না ; |
| তাঙখত্তনু নহাশা, | মীমাম্নসি থুনা ! |

( সমবৃত্ত-গায়ত্রী-ছন্দ

# ছন্দ-রস-মঙাল

## পদ্য-ছন্দ

### Poetry

### পদ্য=কবিতা

**পদ্য ঃ**— ছন্দ পান্দুনা গুশে হেৎনা শকপা য়াবা ময়েক্ মশীং কক্না লেংবা রারেং অমবু পদ্য ( শৈরেং ) কৌই। পদ্য মথল্ য়াম্‌ই। মত্তদি—পয়ার, ত্রিপদী, চতুষ্পদী অসিনচিংবা।

**ছন্দ ঃ**— পয়ারগী মথংবু ছন্দ কৌই। মত্তদি—পয়ার-ছন্দ, ত্রিপদী ছন্দ অসিনচিংবা।

**পদ ঃ**— পদগী হৃথ মথোং পরেং, পঙক্তি নিয়মগী মতুং ইন্না ময়েক মশীং কক্না ইবা শৈরেং পরেং অমবু পদ কৌই।

হায়বদি পঙক্তিগী মতুং পরেং অমখক্পু পদ কৌই

## গদ্য (Prose)

মী অমগা অমগা রারি-রাতাই শানবা অমশুং ইত্তত্তনা ঙাংনশানবা লোন্তাবু ব্যাকরণগী নিয়ম্ ক্বাইদনা লেংতুনা ইরগা গদ্য ( রারেং ) কৌই। গদ্যগীসু মথল লৈ।

গদ্যগা পদ্যগা খেন্নবা— গদ্য হুবনা কর্ত্তা কারক্না মাং থংলগা সমাপিকা ক্রিয়ানা অরোইবদা থম্মৈ। মত্তদি "চাউবা ঙরাং ডিমাপুর চৎখ্রে"। রারেং অসি পদ্যদা "চৎখ্রে ঙরাং চ উবা, ডিমাপুর-লমদমদা" অসুম ইবা য়াই। পদ্য হুবদা ময়েক মশিং কক্তে। অর্থ

কোংবা থরা লাই। পদ্ম ইবদা ময়েক মশিং ককই। অর্থ ফুমছনা লৈবস্ন য়াওই।

১বা উদাহরণ, সংস্কৃতা—

অস্তি গোদাবরী তীরে, জম্ভুলা নম রাক্ষসী।
++ ++++ ++ +++ ++ +++++

অর্থ। অস্তি—লৈ গোদাবরী তীরে—গোদাবরী তুরেলগী তোর্বানদা। জম্ভুলা নাম—জম্ভুলা কৌবী রাক্ষসী—হিংচাবী। "রাক্ষসী" কর্ত্তা কারক্লা তুংথংলে। "অস্তি" ক্রিয়ানা মাং থংলে। ময়েক ৮না লেংবা পদনি "অনুষ্টুপ ছন্দ"।

২শুবা উদাহরণ বাঙলাদা—

ফুটিয়াছে সরোবরে, কমল নিকর।
+++++ +++++ ++ ++++

অর্থ। ফুটিয়াছে—শাংকাইরে। সরোবরে সরোবরদা; পাক চাওরবা পুখ্রিদা। কমল—থম্বাল। নিকর—ময়াম। "ফুটিয়াছে" ক্রিয়ানা মাং থংই। "কমল" কর্ত্তানা তুং থংই। পদ ১ ময়েক ১৪ না শাবনি। "পয়ার ছন্দনি"। ময়েক ৮ ভুবদা যতি (কোমা) লৈ।

৩শুবা উদাহরণ, মৈতৈ লোনদা—

লৈ ঐগী ইথুত্তা, লুপা মঙা;
চেংসু য়ানগদবা, ফীস্ন লৈবা;
কাঁরবু লৈশিবা, লুপাসিনা;
কোমরোয়দবনা, উপায় উদা।

বর্ণ (ময়েক) ১০না লেংবা সমবৃত্তগী চতুষ্পদী পদ্য ১ ওইরে। রানগদবা রাইদা য়াউবা ন নে, কোয়রোয়দবা রাতৈ অমসুং উপায় রাইদা য়াউবা য় নে হসন্ত ওইবনা মশীং লৌদে। ময়েক ৬ গুবদা যতি (কোমা) লৈ। "পঙক্তি ছন্দনি"।

## পদ্য লেংবদা বর্ণ (ময়েক) মশীং লৌবগী নিয়ম্

স্বরবর্ণগী মশীং লৌই। হলবর্ণগী হায়বদি হসন্তবর্ণগী মশীং লৌদে। মতৃদি:— পুরীং—ময়েক ২। মরমদি, উ, ঈ স্বরবর্ণ ২ চংই। উমা – উ, আ, স্বরবর্ণ ২ চংই—ময়েক ২। লৈরখেং —ঐ, এ, স্বরবর্ণ ২ চংই – ময়েক ২ "ং" দি হলবর্ণনি: মশীং লৌদে লৈমায়—ঐ, আ স্বরবর্ণ ২ চংই—ময়েক ২, "য়" দি হল্-বর্ণনি; মশীং লৌদে। অকওবা— অ, অ, আ স্বরবর্ণ ৩ চংই— ময়েকতা "ন" দি হলবর্ণনি, মশীং লৌদে।

## লঘুবর্ণ short) অয়াংবা অমসুং গুরুবর্ণ অকুয়বা long)

অ, ই, উ, ঋ, ৯ স্বরবর্ণ মঙা অসি লঘুবর্ণনি। আ, ঈ, ঊ ঋৃ, এ, ঐ, ও, ঔ স্বরবর্ণ ৮ অসি গুরুবর্ণনি। লঘুস্বরবর্ণ চংবা ব্যঞ্জন ময়েক্ অতু লঘুবর্ণ হায়না লৌই। গুরুস্বরবর্ণ চংবা ব্যঞ্জন ময়েক্ অতু গুরুবর্ণনি হায়না থংই। মতৃদি— ক্+ই=কি "লঘুস্বরবর্ণ চংই" "কি" লঘুবর্ণনি ক্+ঈ="কী" গুরুস্বরবর্ণ চংই "কী" গুরুবর্ণনি। গুরুবর্ণ—অনুস্বার অমসুং বিসর্গ য়াউবা ময়েক্ অতু গুরু-বর্ণনি। মতৃদি—ইঃ, উং, কং, হঃ গুরুবর্ণনি। অদা তত্ম হায়বদি ক্য, ক্ষ, ক্র, ক্ষ অসিগুম্বা ময়েক্শিংবু সংযুক্তবর্ণ কৌই। সংযুক্তবর্ণ অমসুং হলবর্ণগী মাং থংবা বর্ণ ( ময়েক ) অতু লঘুবর্ণ ওইরমসু গুরুবর্ণ ওই। মতৃদি, মক্কে, তন্ত্রে, কন্, থং, রাইদ য়াউরিবা

য, ত, ক, থ মরেক ৪ অসি মহৌশা লঘুবর্ণ ওইরবস্তু, সংযুক্ত অমসুং হলবর্ণগী মাংথংনা লৈবনা মকমসিদ গুরুবর্ণ ওইরে।

প্লুত—গুরুবর্ণনসীস্তু হেন্না খোঙ্হোক শাংবা বর্ণবু প্লুত কৌই। মী কৌবদা, ইশৈ শকপদা, অমসুং কপ্পদা প্লুত বর্ণ চংই। মহুদি—ও! তাদা। হরি বোলরে! মাংলে মাংলে! ও, রে, লে, ও সি প্লুত বর্ণনি।

মৈতৈ লোন্না পদ্য লেংসনা—বর্ণশীং গুস ঙমজ্রগা, ও, কো, না, নে, হু, দে, দা, র, বু, বো, মা, স, হা হে, গুমা প্রত্যয়শিং চন্নক্কম্ যেংহনা রাইকেগী মমৈদ হাপচিন্দুনা রাংপা বর্ণ ওইনবা য়াই। প্লুত বর্ণ ১না বর্ণ ২গী মশীং কৌথ্রু য়াই। পদ অমদা গুরুবর্ণগী মশীংনা য়াম্নবাদ বর্ণ শম রাংপা, মদগ পদ অমদা লঘুবর্ণগী মশীংনা য়াম্নবদা বর্ণ হেনবদা ছন্দ কাব্যগী দোষ লৈররোই। রাইকেগী মরক্তা য়াওবা "য়" বর্ণগী মশীং লোংরোই। রাইকেগী মমৈদা য়াউবা "য় ই, উ, ও" বর্ণনে, রাইকেগী মরক্তা য়াউবা "ই, উ, ও" বর্ণনে খোলহায় তেল্লগা মশীং লোরোই

## মাত্রা অমসুং গণ।

দীর্ঘ স্বরবর্ণ ১দা মাত্রা ২ লৈ হ্রস স্বরবর্ণ ১দা মাত্রা ১ লৈ। মাত্রা ৪না গণ ১ গণ তমা ফাবা শব্দ, মথল্ ৫ ওই।

১। সর্ব্বগুরু - গুরুবর্ণ ২না শাবা শব্দ, মহুদি- তাদা—দীর্ঘস্বর ২। মাত্রা ৪, গণ ১।

২। অন্তগুরু—মমৈদা গুরুবর্ণ ১ লৈবা শব্দ, মহুদি কমলা হ্রস ২ দীর্ঘ ১— মাত্রা ৪, গণ ১।

৩। মধ্যগুরু—ময়াইদা গুরুবর্ণ ১ লৈবা শব্দ, মতুদ—অনাথি হ্রস ১, দীর্ঘ ১ হ্রস ১ —মাত্রা ৪, গণ ১।

৪। আদিগুরু—মকোক্তা গুরুবর্ণ ১ লৈবা শব্দ। মতুদি—নাগর দীর্ঘ ১, হ্রস ২—মাত্রা ৪, গণ ১।

৫। চতুর্লঘু—লঘুবর্ণ ৪না শাবা শব্দ মতুদি—নবরস হ্রস ৪—মাত্রা ৪, গণ ১।

হায়খিবা মাত্রা, গণ অসি আর্য্যাদি মাত্রা বৃত্ত ছন্দদা চৈ।

যতি—পদ ১ মরক্তা লৈয়েংনা ভাইহাক লেপকম ওইবা মফমু, কবিশিংনা "যতি" হায়নৈ হায়বদি "কোম।" খঙ্গা য়াবা মফম্। পদ খুদিংগী মরক্ত যতি লৈহনগদবনি। ময়েক মশীং য়ামত্রবা পদ ওইরবদি "যতি" লৈহনদবমু য়াই। পদ ১দা ময়েক মশীং য়াম্না লৈরবদি "যতি" খমত্রগা পাবদা লৈয়েংগী পোংথাখম্ লৈত্রতুনা পাবমু মুংঙাইতে, তাবমু মুংঙাইতে। যতি, ছেদনচিংবা চিহ্ন (খুদম) গী মরোল য়ামহৈ। গদ্য নৈনবা মতাংদা শুপাইনা ইগে।

## অথ পদ্যং

পদ্যং চতুষ্পদী তচ্চ বৃত্তং জাতিরিতি দ্বিধা।<br>
বৃত্তমক্ষর সঙ্খ্যাতং জাতি মাত্রা কৃত ভবেৎ।<br>
সমমর্দ্ধসমং বৃত্তং বিষমঞ্চেতি তাত্রধা।<br>
সমং সম চতুষ্পাদং ভবত্যর্দ্ধসমং পুনঃ॥<br>
আদিস্তৃতীয়বদযস্য পাদস্তর্য্যো দ্বিতীয়বৎ।<br>
ভিন্নচিহ্ন চতুষ্পাদং বিষমং পরিকীর্ত্তিতং॥

### মথ ছন্দ

আরভ্যৈকাক্ষরাৎ পাদাদেকৈকাক্ষর বর্দ্ধিতৈ।
পাদৈরুক্থাদি সংজ্ঞং স্যাচ্ছন্দঃ ষড়্‌বিংশতি ; গতং ॥

যথা—

উকথা ত্ব্যুক্থা তথা মধ্যা প্রতিষ্ঠান্যা সুপূর্ব্বিকা।
গায়ত্র্যুষ্ণিগনুষ্টুপ চ বৃহতী পঙক্তি রেবচ ॥
ত্রিষ্টুপ্‌ চ জগতী চৈব তথাতিজগতী মতা।
শর্ক্বরী সতী পূর্ব্বা স্যাদষ্ট্যত্যষ্টী তথা স্মৃতে।
ধৃতি শ্চাতি ধৃতিশ্চৈব কৃতিঃ প্রকৃতি রেবচ
আকৃতি বিকৃতিশ্চৈব সং কৃত্যতিকৃতী তথা ॥
উৎকৃতি শ্চেতি কথিতং ছন্দঃ ষড়্‌বিংশতি গতং।
ইত্যুক্তঃ ছন্দসাং সংজ্ঞা ক্রমশো বচ্মি প্রস্তং ॥ *

## বৈদিক-ছন্দঃ

( প্রাচীন ছন্দো মঞ্জরী প্রবদগী )

### চতুষ্পদী পদ্য

চতুষ্পাদীগী অর্থ, মখোং মরি পানবা ; হায়বদি পদ ( মখোং ) মরিনা শাবা চতুষ্পদী মথল অহুম ওই। মহুদি—সমবৃত্ত, অর্দ্ধসমবৃত্ত অমসুং বিষমবৃত্ত।

---

* মহাকবি বৈদ্য শ্রীগঙ্গাদাস বিরচিতা—শ্রীরামনারায়ণ বিদ্যারত্নেন ইং ১৮৮৯ দা কোংবা ছন্দো মঞ্জরী " প্রবদগী।

সমবৃত্ত—মখোং মরি বর্ণ (ময়েক ) মশীং মাল্লগা সমবৃত্ত কৌই।

অর্দ্ধসমবৃত্ত—অহানবা মখোংগা ( পয়েংগা ) অহুমশুবা মখোংগা বর্ণ মশীংমাম্নবা অমসুং অনিশুবা মখোংগা, মরিশুবা মখোংগা বর্ণ মশীংমান্নবা ওইরবদি অর্দ্ধসমবৃত্ত কৌই।

বিষমবৃত্ত—মখোং মারি মক্ বর্ণমশীং মান্নদ্রগা বিষমবৃত্ত কৌই।

পদ অমদা বর্ণ অমদগী হৌরগা বর্ণ কুনতরুক না লেংবা কাউবা বৈদিক ছন্দ ২৬ লৈ মশিং মখাদা ইরে :—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | উকথা ছন্দ | ১০। | পঙক্তিছন্দ | ১৯। | অতি ধৃতি ছন্দ |
| ২। | অত্যুকথা ছন্দ | ১১। | ত্রিষ্টুপ ছন্দ | ২০। | কৃতি ছন্দ |
| ৩। | মধ্যা ছন্দ | ১২। | জগতী ছন্দ | ২১। | প্রকৃতি ছন্দ |
| ৪। | প্রতিষ্ঠা ছন্দ | ১৩। | অতিজগতী ছন্দ | ২২। | আকৃতি ছন্দ |
| ৫। | সুপ্রতিষ্ঠা ছন্দ | ১৪ | শর্করী ছন্দ | ২৩। | বিকৃতি ছন্দ |
| ৬। | গায়ত্রী ছন্দ | ১৫। | অতিশর্করী ছন্দ | ২৪। | সংকৃতি ছন্দ |
| ৭। | উষ্ণিক্ ছন্দ | ১৬। | অষ্টি ছন্দ | ২৫। | অতিকৃতি ছন্দ |
| ৮। | অনুষ্টুপ ছন্দ | ১৭। | অত্যষ্টী ছন্দ | ২৬। | উৎকৃতি ছন্দ |
| ৯। | বৃহতি ছন্দ | ১৮। | ধৃতি ছন্দ | | |

## অথ সমবৃত্তং

উকথা ছন্দ। একাক্ষরাবৃত্তিঃ। ময়েক ১ না লেংবা পদ।

(১) তৌ, লৌ,
থৌ, তৌ।

ব্যাখ্যা—( লুরাং ).তৌ লৌরগা থৌ তৌবীরু।
পদ ৪=পত্ত ১। গুরুবর্ণনা লেংগদবনি।

(২) কৌ, কৌ
কৌ, শূ।

ব্যাখ্যা—কৌ কৌরগা কৌ তয়ো ; পদ ৪, পত্ত ১।

## অত্যুক্থা ছন্দ

দ্বাক্ষরাবৃত্তিঃ। ময়েক ২ না লেংবা পদ

তিঙোং কাঙোং,
কালেন্ তেম্পাক্।
খোঙলী, চেক্লা,
কৈরা থক্তা।

ব্যাখ্যা—উপী উপাদা তোংলছনা, তিঙোং কাঙোং হায়বা উচেক্লা খোংলি। পদ ৮, পত্ত ২। গুরুবর্ণনা লেংগদবনি।

## মধ্যা ছন্দ

ত্র্যক্ষরাবৃত্তিঃ। ময়েক ৩ না লেংবা পদ।

মৈ ঈশিং, অতিয়া
পৃথিবী, নুংশিংনে,
মণ্ডামক্ পঞ্চভূত,
হায়ছনা কৌনৈএ।

ব্যাখ্যাঃ—মৈ ঈশিং, নুংশিং, অতিয়া অমসুং পৃথিবী ৫ মকপু পঞ্চভূত কৌই। পদ ৮, পত্ত ২।

## প্রতিষ্ঠা ছন্দ

চতুরক্ষরাবৃত্তিঃ (ময়েক ৪ না লেংবা পদ )

মীতৈ পোকপী পোশনা লৈবী
মপীজানা করকবী ।

ব্যাখ্যা ঃ— মণিপুর মাতাসি য়ায়া চাউথোরকপ ( পোশনা ) লৈবীনি, মমামবী হায়বদি প্রদেশশিংনা করক মীহৌনৈ (কররৈ) পদ ৪, পদ্য ১ ।

## সুপ্রতিষ্ঠা ছন্দ

পঞ্চাক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ৫ না লেংবা পদ )

অশপ্পা কনা, অথৌবা কনা
নৈনরি মালেমদা লাও লাওনা ।
লৈপাক মমাংদা, চোংথোরকউনা ;
করিগী কিনা, ছুমিন লৈরিবা ;

ব্যাখ্যা ঃ— অকল অথৌ কন লৈরিবগে লৈবাক অসিদা ; লাকউ, লৈপাক মমাংদা চোংথোরকউ । করিগী কিক্ননা ছুমিন ছুমিন লৈরিবনো ? পদ ৮, পদ্য ২ ।

## গায়ত্রী ছন্দ

ষড়াক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ৬ না লেংবা পদ )

অয়াম্বা চেরানা, কৈরাপী থকদা
কোলোই হুংশিবা, শক্লিবা তারোনা ।

ব্যাখ্যা ঃ— উগী উপাদা তোংলহনা উচেক অয়াম্বনা (ময়াম্না) হুংশি-হুংশিরবা মথোক্লেমা থোশলিবসি তারো । পদ ৪, পদ্য ১ ।

## উষ্ণিক ছন্দ

সপ্তাক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ৭ না লেংবা পদ )

অঙবগী মনাক্তা, অনংবা মী অমনা।
মকি মোত্না শেকনুনা হকচৈ কপ্নাউনা,

ব্যাখ্যা :— মকি মোত্না শেংপা, লাইরবা মী অমনা, অচৌবা মী অমগী মনাক্তা চংজকহনা কপ্না কপ্না রা হকচৈ। পদ ৪, পদ্য ১।

## অনুষ্টুপ ছন্দ

অষ্টাক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ৮ না লেংবা পদ )

( সংস্কৃত ভাষাদা অনুষ্টুপ ছন্দ অসি য়াম্না চম্মৈ )

পেনা খোংবা তাদা খোই, পেনাবু খোংবা তাদও:,
নচম্না জগোই শাজবা জগোই খোংলৈ চানবা,
হা খোংবীয়ু হা খোংবীয়ু, পেনাবু খোংবা তাদও:।
জগোই খোংলৈ চানবা জগোই পেম্না শাজগে।

ব্যাখ্যা :— হে পেনা খোংবা তাদও! নচনশিংনা পেম্না জগোই শাজগে; জগোই খোংলৈ কাইদনবা পেনা খোংবীও। পদ ৮, পদ্য ২।

## অতুঙৈগী মণিপুর মাতাসিরা ?

( অনুষ্টুপ ছন্দ )

শান্তী দেবীগী য়াত্তাকম
প্রকৃতিগী য়াজোয়কম
উমং লাইগী শায়কম
মণি য়াই পুম্বা তুংনকম ॥

অনোইবী শকচু থোকলবী,
ফিজেৎ নৈতেং য়াৎলমদবী,
মণিপুর মাতা সিয়া ?
অচুবৈগী মণিপুরী ।।
মণিপুর অচুবৈগী,
মণিপুরসি মানদেদা ।
চীঙতম থুংনা কুংনা হৌবা
উপাল হৈপাল ময়ায়া ।।
য়ায়-য়ায়গা হেয়বা,
চাবগী লোইখম নৈতবা ;
কেন্দুনা পৎতুনা মাংখি ;
৩ ১ ২
হৌজিক য়াদা তংবা কংখি ।।
চহি মঙাগী তয়াগী,
ফৌ অরীবা কৈদা পৎখি ।
হৌজিক কৌনৌ ভাইঙমত্রে ।
২ ১
মীরৈবাক্তগী পুশিল্লে ।।
চানবা পোৎ পুম্বা কান্দেং,
কানা থম্বক তোংথৎত্রে,
লাইরবা হিংকম নৈতরে,
খোরি চম্মু মেৎপিরে ।।
ইমাগী কোকথুম্বীগুম্বু,
চীংদা নৈরম্বা উমংবু,

মশা কুপ্না চরৈ ফিজর
অমদা হৌরখা জলনবু ।।
পুমকোক কোকদে মাতাসি,
লুকোকপী লবোইবী মাল।
নিংথিখোং পুমেন থরুংপাং,
ইকোপ, রাইথৌ, ভাতৌপাং, ।।
সনাপাং অসিনচিংবা,
পাং চাও ময়ামপী গুনা,
চাওমদনা ভাপুম তাবা,
আনাপী ভাত্তোল লাইতং ( তৌবা ) ।।

( হৌজিক্কি ) ভাত্তোলবু থাবক হায়জিল্লে,
অমদা লুপা লৌরেনে।
থৌদৌ মত্তাসি উরপা ;
পুক্কিং রাদবা ওমজেনে।।
চাবা মনিং থুংদরবী,
চায়াম্নবী ময়াং কংবী,
ওইরেনে চন্নীতংপী,
কীজেং থুংজবী মাতাসি ।।
অরা ওম্বা, থাপী ওম্বা,
ময়াং ওম্বা তখেন ওম্বা,
বীর অথোবা পান্নীশিং
শেংন থাইনম্নবগা।।

মহুৎ শিনবা লৈতবনা,
মণিপুর ম্যাতা 'মুন্তা,
চাওচং কৈচংবরেসে।
২ ৩ ১
ইপাই কোক চাওবা হৌরেবে ॥
মাইক মখোল তানিংঙ্রে,
কুমৈ হয়াও য়াওনিংঙ্রে,
অয়াবা উরগা মাতাগী,
খোয়দৌ কুকই, পিয়াং হৌরে ॥
মাইথিরবী মাতাও।
ওাইবতা কনবীথোবা।
লাকথিনি নপাগী 'থৌবা।
কোকথিনি অয়াবা মাতা ॥

পদ ৬০, পত ১৫ নি।

**অর্থ** :— য়াতাকম=হিপকম। য়াজোইকম=কোইকম। শানকম=হয়াউবুং, হয়াউকম। ফুংনকম=পৈকম। কাম্পেং=কাল অপাকপা, য়ায়া লুমা পোং ওয়বা উপাক। কালা=অয়াংবা পোং ওয়নবা থল হায়বদি লৌনা নত্রগা কোঙৌওবনা শাবা। তোংথংখ্রে=থল মথক্তা হাপকংতুনা য়োয়রে। কোকথূবীওমু=মকোক থূবা কীওম'। মশা কুয়া চরৈ=থৈজুপ। লুকোকপী, লখোইবী=মকুকোকপী, কীঙৌনা শেংপী লমখোইবী। চাপুর তাবা=লৈবীনবা লৈতনা ও। পুযা হায়বদি চাবা ওমদহনা পুমহনা মাংবা। চরায়বী=মপুক থমা চাবা ওমদবগী মপুক ইলায় লায়হনতা

লৈরবা। খোয়দোকুকই=খোইদো থুক থুক লাওই। পীয়াং হৌরে=পী তারে। থৌবা—মগুণ অমত্থুং মরিন চাওনা লৈবা।

## বৃহতি ছন্দ

নবাক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ৯ না লেংবা পদ )

### বসন্ত লাক্লে

ঋতু নিংথৌ বসন্ত লাক্লে, খোংলোই কোকিল খোংলক্লে,
লোইমলয়ানা সিংলক্লে, লৈয়াং হৈয়াংনা ফিজেন্নোরে।
উরি-য়ারিনা লৈতেংনরে, শাবি-শানৌ পুক্সিং ইনৌরে,
হমু-হনা কুচু কুমেম্লে, তাথীমিংথম চেনখ্রেসে।

ব্যাখা :— ঋতুগী নিংথৌ ( অথোইবা ) বসন্ত কৌবা ঋতু হৌরকপদা, বসন্ত ঋতুগী থৌগলমনাই কোকিলশিং খোংনরক্লে; মলয়া নুংশিংনা লিরি লিরি শিংলক্লে। হায়বদি বসন্ত ঋতুদা কোকিল খোংবা অমত্থুং মলয়া নুংশিংনা তম্না হুনা অসি বসন্ত ঋতুদা থৌগলগুমনি। হৈ পাম্বী, লৈ পাম্বীশিং কি অহনবা হোংলে; হায়বদি থুমু হল্লে ( ময়োল চোংলে )। উ, য়াশিংনসু মনা অয়াবা কেনথিন্না মনৌ চোংখৎলে। ( ফিজেৎ লৈতেংবা মাল্লে ) পাখং লৈশাবীশিংগী পুক্সিং নৌয়ে, ( হয়াউ-কুমৈ, য়াউশং, চৈয়াউবগী য়াখল অনৌবা অমসু মপুক্সিংদা চংনরে )। অহল-শিংনা তাথীবা নিংথম থা লোইশ্রহনা হকচাংগী অয়াবা কোকপ্রে। কুচু কুমেল থোকপা হৌরক্লে। পদ ৮, পঙ্ক্তি ২।

## পঙক্তি ছন্দ

দশাক্ষরাবৃত্তিঃ ( মরেক ১০ না লেংবা পদ )

### হয়োনে ছন্দ মরু

হে-মৈত্রপাকী ছাত্র ছাত্রীশা ! নৈহাউ চেনবা মকম ওইবা।
নংগী নংগী থম্মে ই নৈকোন্দা, হয়োনে ছন্দ মরু হয়াউনা।
চাইয়ু ঈশিং হোনবা থুনা, হোয়নি ছন্দ চায়া লাইনা।
ছন্দ পাম্বী উয়েপ কায়বদা, শাংলকনি নৈরাং শোইদনা।
মাতৃ ভাষানা লংজা ওইয়গা, খোর্জে কলম য়েন্তু্য়া লেংহুনা।
পয়েং পয়েং ছন্দ শীঙেল নৈরাং, হক্লো সাহিত্যগী শ্রীকণ্ঠদা।
শ্রীমূর্ত্তি অমর তৌয়ো দর্শন, শক চু থোক্লে, ওইরে নমস্তান।
শক্লো মতমহুদা চীঙোক্ত পেম্না, জয় ওইরে মণিপুর মাতা।।

পদ ১৬, পম্ব ৪।

**ব্যাখ্যা :**— হে মৈত্রপাকী ছাত্র ছাত্রী পুম্নমক ! নৈহাউ চেনবা ( মরু মরাং হয়গা চায়া হোবা অমম্বং চাউবা থুবা ) নৈপাক্তা মায়বা নখোইগী থম্মোং তুংদা, হয়াউ হয়াউনা ছন্দ মরু হক্লো হায়বদি ছন্দ মশক থংনবা লাইরিক তমহোয়ো। মরু হোনবা ঈশিং তত্তনা চাইযশুম, তম্বা কয়গা ছন্দ জ্ঞান তায়নি। ছন্দ পাম্বা উয়েপ কারবদা, শাংলকনি নৈরাং শোইদনা হায়বদি ছন্দ জ্ঞান মপুং কারবদা, কবিত্ব শক্তি চংগনি। কবিত্ব শক্তি চংলগা, মাতৃভাষানা লংজা ওইরগা, খোর্জে কলম য়েন্তু্য়া লেংহুনা হায়বদি মাতৃভাষাগী শব্দশিংনা নৈরাং মশক ওইহুনা কলম্না য়েন্তু্মগী মহুৎ শিনবশুম, শৈরেং লাইরিক ময়াম লেংলহুনা হক্লো সাহিত্যগী শ্রীকণ্ঠদা। ( হক্লো—কচ্চৌ, হাপচৌ, কোংজৌ ;

শ্রীকণ্ঠদা=মণি শিকমদা, ওক্তো, হায়বদি সাহিত্যনা মণি ওইরগা, মণি অহু থক্কম—অর্থদি সাহিত্য পুকৈ মীতৈ সমাজদা )।

শ্রীমূর্ত্তি অমর তৌরো দর্শন। শ্রীমুর্ত্তি=শকম, ফিতম। তৌরো দর্শন=মিথিত্না য়েংউ। শকচু থোকলে=মশক থোক্লে। ওইরে লমডান=মীয়মদা ঙাহোইরে; মীরৈপাক মচানা ইকাই খুম্বীবা সাহিত্য অমা ওইরে। শক্লো মতমতুদা, চীজোই পেন্না জয় ওইরে মণিপুর মাতা=অহুম ওইরবা মতমদা, মণিপুর মাতানা জয় ওইরে হায়তুনা চীন পেন্না ঈশৈ (শরুরো) শরুরসি।

* অমর=অমাং অতাক লৈতবা সাহিত্য=লৈশেম্বদগী হৌজিক কাওবা চহি লিশিং কয়া কয়া হৌখ্রবনো? নিংথৌরোন কয়া মাংখি—মশীং নাইদে। তাষা সাহিত্যদি অমাং অতাক লৈতনা অসুম লৈহৌরি—মশক থরা হোংলবস্থ অমর ওইহৌছনা। রাম, রাবণ, মশক উথিদরে। রামায়ণদি লৈহৌরি. কৌরব, পাণ্ডব লৈথিদরে মহাভারতদি লৈহৌরি। ৮পাথংবা থুপথরে; মীতৈ পুয়া পুরান সাহিত্যদি মুক্ত্রি; মরম অসিনা সাহিত্যবু অমর কৌবনি।

## ত্রিষ্টুপ ছন্দ

একাদশাক্ষরাবৃত্তিঃ ( মক্কেক্ ১১ না লেংবা পদ )

চানবীরসহ্ন তেংবানবা মপুনা, কত্তবা পুকচেল্ থাদোকওমবা;
অমগা অমগা মুংশিচাম্বা, পীনবীয়ুকো ইবুংঙো মহাক্না।

ব্যাখা :— হে ঈশ্বরঃ ননাই ঐখোয় পুম্নমক্না, কত্তবা পুকচেল্ থাদোকগে, ঐখোই মশেল্ মুংশিননা লৈমিন্নগে, মসি ভম্ববা ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়দা পীনবীজো ইবুংঙো। পদ ৪, পঙ্ক্ত ১।

## জগতী ছন্দ

দ্বাদশাক্ষরাবৃত্তিঃ ( মরেক ১২ না লেংবা পদ )

ইশৈস্থ হৈজদা, লৌশিংস্থ লৈজদা ;
ইরনস্থ লৈজদা, পাঙনস্থ লৈতবা ।
কন্নিনা তৌশিবা ? সেবা মরাং কাইনা ;
লৈপাক্লৈমসিগী, থরাই রাজৈদো ।

**ব্যাখ্যা** ঃ— মহৈ, লৌশিং অমস্থং পাঙল ঐগী অমত্তা লৈজদে। দেশকী সেবাগীদমক্তা পুথোক্লিভাই ইপোৎ অমত্তা লৈজদবগী ইথরাই অসি য়াম্না রাজৈদা, থম্নু-থল্লুরগা। পদ ৪, পত্ত ১। মরেক ৬ দা যতি লৈ।

## অতিজগতী ছন্দ

ত্রয়োদশাক্ষরাবৃত্তিঃ ( মরেক ১৩ না লেংবা পদ )

### বর্ষা ঋতু

বর্ষা ঋতু সংস্কৃতা, মৈতৈদা নোংজুথা ;
সৌর ইঙা ইঙেম্বা, কালেন্নোয়থরগা।
সিদা নোংমঙ্হনলে, অতিয়া মকোই ;
নোংখোংই, নোংয়াম ভাই ; হরাউই হঙোই ।
শাম্নৈ ঈশিং ঈনৌদা, খোঙেন রাংনা খোংনা,
পাৎকোম্ ভুয়েল্ তুথুল্, স্বাই পাই ঈশিংনা,
অরা অনা থিনদে, লৌমী পুম্নমক্না ।
থরাই খুপাক্তা হাপ্প', হোৎনৈ লৌ পামবা ।

**ব্যাখ্যা** ঃ— কালেন্থা লোয়থ্রগা নোংজুথা হৌরকই। নোংজুথাবু সংস্কৃত ভাষাদা বর্ষা ঋতু কৌই। সৌর হায়রবদি ভুমিৎকী খোংচৎ

মতুং ইন্না শাবা, ইঙা, ইঙেল থা অনি অসিবু নোংজুথা কৌই। নোংজুথাগী মতমদা, সোরারেন লৈপাক নোং ইমঙ-মচাহনা লৈ। নোং খোংগল্লি অমসুং নোং চুগল্লি। ঈশিং ঈনৌ তারকপদা, হওোইশিং য়াম্না হরাউই; হরাউদুনা ঈশিংদা চোং-কন্দুনা, হওোইশিং খোঙেন য়াংনা খোংলখোংলগা শান্নৈ, পাং অমসুং ভুরেলগী মপুক্ ঈশিংনা পিক থল্লি। লৌবুক্তসু ঈশিংনা ময়াং কাইনা লৈ। লৌউবগী মতমসু চপ চাই। লৌউবা মীশিংনা, মথন্নাই য়াউনা অরা-অনা খিদনা, লৌখোইবা, কৌদি হনবা, লৌ লিংনবগী থবক কম্না হোংনৈ। পদ ৮, পন্থ ২। ময়েক ৭ গুবদা যতি লৈ।

## সর্করী ছন্দ

চতুর্দ্দশাক্ষরাবৃত্তিঃ (ময়েক ১৪ না শাবা পদ)

### লক্ষ্মন্না শূর্পনখাগী মনাত্তোন ককপা

(১)

য়েন্দেম থরাক শোইবগুম্ লাম্বোবা লক্ষ্মন্না;
শোইদংলে নাতোল্ খড়গ অথোবা পায়রুনা,
শূর্পনখা মায়াহৈবী, সক্লোন পুরবীগী;
সক্লোন হঙ্গিনখি হিংচাবী, শুন্দা পাইখংখি।

**ব্যাখ্যা :—** লান্দা থৌনা কবা লক্ষ্মন্না মখুত্তা খড়গ অথোবা অমা পায়রহনা, মায়া হৈবী হিংচাবী শূর্পনখাগী মনাতোল্ শোইদংলে— য়েন্দেম থরাক থাংনা শোইবগুম্না। মায়া ভৌনা ওল্লবা, সুপী মথোক কারকপী মশক্ হায়নিংঙাই লৈতনা ফজবীগী মশক (শকল) অহু

মাংখরে ; শূর্পনখাগী মশাগী অত্তাবী অকীবা শকওংদা হজিনখিহ্না অত্তিয়াদা পাইখংখি। পদ ৪, পত্ত ১। ময়েক ৮ গুবদা যতি লৈ।

## অতিশর্করী ছন্দ

পঞ্চদশাক্ষরাবৃত্তি: ( ময়েক ১৫ না লেংবা পদ )

( ২ )

গুহা মানবা লাউকুৎ মিত্তা, মশময়গা চপমুংবা ;
তুমনৌ মানবা ঙাংশং ঙাংবা, খুজিন হুইমুক শাংবা।
গুকয়া মানবা হুয়া অনি, লৈ শাংনা তিংখোকলগা ;
লাউখয়কই শূন্দগী। ব্রজ থাবা মখোয়া।

ব্যাখ্যা ঃ— শূর্পনখাগী মমিৎ অয়াউবা অনি অদো গুহাগুয়া কুৎলি। মশমদি চপমুংনা হোৎবা, চপৌ চপৌবা, ঙাংলি ঙাংলি তৌবা ই, তুয়ৌগা মাইয়ে। মখুজিল্ হুইগীমুক ( ইঞ্চি ৮ মরম ) শাংই। ময়া হুয়া অনিহ্নমওক লাবগী ময়া খিন্দোয়কপগুম খিন্দোকই। মরৈ অনি খুনিংমুক শাংনা তিংখোকলগা বজ্র তাবদা হোৎবা মখোলগা মাম্নবা অয়াকপা মখোয়া আকাশতগী লাউখয়কই —শূর্পনখা। পদ ৪, পত্ত ১। ময়েক ৮ দা যতি লৈ।

## অষ্টি ছন্দ

ষোড়শাক্ষরাবৃত্তি: ( ময়েক ১৬ না লেংবা পদ )

অরে লক্ষ্মণ তারো তারে', হায় ! নমিত্বনা শেংনা ;
বনগী উহৈ-রাহৈ চানা, চেক্লাগুম্ মতম লেপ্লিবা।
নমু মী নাউশোনবা নং, নবেম্মা ঐবু খংবয়া ;

স্বর্গ পাতালগা থানা, দিপ্ তরা বিজয়ি বীর।
নিংথৌশিংবু লোয়চল্লবা, লাইয়াম্না থৌগল্লিবা,
মমিং তাম্রা স্না লঙ্কাগী, রাবণনা কোক্করা পানবা।
মিং পনবদা পৃথিবী নীকপা, পৃথিনা মকোক্লোঞ্জনবা।
ঐদি মহাকী মচম্নি, ইমিং কৌই শূর্পনখা।
নংগী শকফম উরবদা, প্রেমগী ঈথকারহনা ;
ঐবু অপাম-মুংশি লাংনা, উপ্পীবগী হেনকদনা।
মী নখোয়শে ইচীঙ্গাক্সি, থংনা থংনা তোক্কে রাম্রে।
নংবু পত্তি বরিরগা, স্বর্গগী ইন্দ্র হাপ্পীগে,
মুংঙাইনা লৈমিল্লগে, ঐ শচীরাণী শারগা।
নখোংজিনদা চংজববু, প্রেম্ ভিক্ষারীনী শানা
থাংনা য়ানহনা তাম্হোক্লে, হো ইমা! নাত্তোল লৈত্রেনে।
নারেমে! ইবুং তাক্লুগে, নংগী সবংশ মাংহনগে॥

**বিশদ-ব্যাখ্যা :—** হে লক্ষ্মণ! নমিত্লনা শেংনা ভাও! উমংদা পংপান পানবা, উহৈ চারহনা, উচেক্লা শিবা ঙাইহনা পানবা, নপাঙ্গল শোনবা লক্ষ্মণ! নবেম্মা ঐবু খংবরা? থক থাগা থানা মাইকৈ ১০ বু থুহম চনবা ঙম্লবা, পৃথিবীদা লৈবা নিংথৌশিংবু লোইপোৎ কাহনবা ঙম্লবা, ব্রহ্মা, ইন্দ্রনচিংবা লাই মরাম্না থৌগল চংলিবা, মমিং হেক পনবদা পৃথীনা হায়বদি পৃথিবীদা লৈবা জীব পুম্নমক থক থক নীকুনা মরু লুকথরিবা, মকোক ১০ পানবা, স্না লঙ্কাগী রাবণ নিংথৌগী মমিং তাইবং নং তাজিবরা? নবেম্মা ঐদি অহুগুম্বা রাবণগী মচম্নি। ইমিং শূর্পনখা কৌই। ইপুক্লা লৈবা রা হৌজিক শেংদোকপ্লগে। ভাও হে লক্ষ্মণ! তাইবং মী

নখোয়বু, হিংচাবা, হিংচাবী ঐখোয়না উবগা হেক ফাহুনা চাই । ঐখোয়গী ইচীঙাক্লি মী নখোইশে । মী নংগী নশক উরবদা ঐ নংবু চাগে নিংখিজে । নংগী নখোংহামহুনা সেবাচম ভোজগে নিংদে । কল্লিনা লায়ববু, মী নখোয়গী মনুংদা অপাম সুংশি লৈনব-গুম্না হিংচাবা হিংচাবী মনুংদসু অপাম-সুংশি লৈনৈ । পঞ্চবটী বন অসিদা, অহিং অথেংবদা ঐ ইচীগুাকখিবা লাকপদা ঐ নংবু ইতত্ততনা উই । নংনদি ঐবু উরিরোই । নশক উবগা, ইপুক্লিংদা অপাম-সুংশিগী রাগ হৌরকই । নমু মী নখোয়গা ঐখোয়গা লাম্বা চানদে খল্লুনা ওম্বা মথৈ ইপুক ফাবা হোৎনরম্মী । নংবু উর-উরগা হেন্নহুম্ অপাম-সুংশিগী ঈথক্লা ঐবু থুমহৎখরে । খাম্বা রাখিদরে ইপুক্লিং ।

ঐগী থরাই মঙাগা লোইননা, হকচাং অসি লম্মনংগী খুরা-খাদা পুমকৎ কথোকখ্রগে ; সোরায়েনগী নিংথৌ ইন্দ্রগী ভাংবন্দা নংবু ফমহল্লগা, ঐনা নংগী ওইদা শচীরাণী শারগে নীংহুনা, নংজোলদা চংজগে নীংখি । ঐখোয়গী শকোই শকুমদি ভাইবংমীনা গুকয়েং-য়েংনিংদে ; কিন্তুম কি হায়রৈ, ঐখোয়বু মী নখোয়না য়াম্না হঙ্গোইরৈ । হিংচাবীগীদি—নাজোন্ পাক্লা, নম্বা, শম্পোবা, শম্ ভাংবা, শম্ চপ্ যুংবা, মিৎ গুহামাম্না কুৎপা, মিৎ পাংথোকপদা গুহা মনুংদা থানবা থাওমৈগুম্ লংনা উবা, লাইপক জোংবা, চীনবান্ চাউবা, য়াথকী হয়া অনি চৌবা লমওক্ লাবগী য়াগুম খিনদোকপা, হয়া অনি অহুনা চীক্তুনা শেক্তুনা চাবা মুংঙাইবা, মী মক্রু, শা-মক্রু প্রেক ২ শাইহুনা বেশন ভাবা ওম্বা য়া অকনবা, অহুগা অমম্বদা লেপ্তুনা লৈবদা, শক্ উদনবা মুশিল য়বা কুচু,

অসি পুন্নমক্সি ফজে হায়নৈ। ঐগী শকস্থ হৌজিক লৈরিবা, হিংচাবগী মৌ নিংঙোল মরক্তা ঐগুম্ শক ফজবী লৈতে হায়নৈ। হৌজিক লৈরিবা হিংচাবা শাগৈ-পুন্নমকসি ইবুং রাবণগী মথা থাবা ঙাক্কনি। মরম অচুনা ইবুং কিবনা কনা অমত্তনা ঐবু হায়বিরক্তে। মী থংদে, লাই থংদে, অপাম্বা মকমদা নয়ুম পাজৌ হায়না ইবুংনা ঐঙোন্দা তাকপী। সোরারেনগী অমরাপুরী কোক্কংসু উনবীগে হায়বী। মরম অসিনা নীংতম্বী ওইনা ঐ কোইচং চত্তুনা লৈ। লক্ষ্মণ নংগী নকমদা চংজনীংবনা, ফজৈ হায়নবা হিংচাবী ঐগী শক্তমসি, মী নং পাগ্লোইদবনি থন্দুনা মীনা য়ায়া পায়বা সোরারেনগী জগোই শাবী রম্ভা, তিলোত্তমা, উর্ব্বশী, মেনকা, ফজে হায়না ঙাংনবা শকফম অচুদগীসু হেন্না ফজবী শানা, নকমদা চংহুনা হায়জরুববু, খড়্গ অথৌবনা ইনাত্তোল লেম্বৎপীরে। নাত্তোরেম্বৎপীবগী খোইনবু শাওনিংদে। নিংথুংহন্দবগী য়ায়া শাওনীংলে। ঐগী আশা থুগাইবগী লমন্দি ইবুং রাবন্দা তাক্কুনা শিংহল্লগে। নংগী সবংশ মুংহল্লগে। থংউ! নপুংসক লক্ষ্মণ।

পদ ১৬, পত্ত ৪। ময়েক ৮ ডুবদা যতি লৈ।

## অত্যষ্টি ছন্দ

সপ্তদশাক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ১৭ না লেংবা পদ )

রাবণগীদি মনাও শূর্প      নখাগী মবুং অনি ;<br>
লৈরম্বা দণ্ডকারন্ত বন্দা,      খরদুষণ কৌবা।

চৎথি অহানবদা শূর্পনখা, তুরহুনা হায়রুখি।
মবুং অনিগী মকমদা মানা, কপ্পা হিক হিক লাউনা।
পদ ৪, পদ্য ১। ময়েক ১০ শুবদা যতি লৈ।

## ধৃতি-ছন্দ

অষ্টাদশাক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ১৮না লেংবা পদ )

রাইকবী কৈকয়ী রাণীনা, তাম্বোক্তনা বন্দা লৈবা
অযোধ্যাগী লাইবক চাওবী কৌশল্যা মচা রামগা;
লাইবক থীবী সুমিত্রামচা, মরাইপক থিবগনা
তৌবিরিবা নচনগী কিভমসি য়েংউসে নমিৎ থিত্তনা।
ময়েক ১০শুবদা যতি লৈ। পদ ৪, পদ্য ১

## অতিধৃতি-ছন্দ

ঊনবিংশত্যক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ১৯না লেংবা পদ )

করিনু তৌজদবা লান্দবা ঐবু মখোই উরহুনা
তাররহুনা কুবী রৈবীরেনে, লোচাবা মপবু তৌবগুয়া,
রাবণগী মচন্নি; তৌগনু, ইবুং অনিমনু লৈরিএ
হায়ববু; ঊশিত্তে নখোইবু মীচৈ থীনা চৈবীরকইএ।
ময়েক ১০শুবদা যতি লৈ। পদ ৪, পদ্য ১

## কৃতি ছন্দ

বিংশত্যক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ২০না শাবা পদ )

মমিং পল্লগা অমুক হেন্না শাউখিহুনা ঐগী নাত্তোনবু;
ককথৎলে মচিনমনাও চংনা, হায়বীরৈ, তাকচৌ নবুংশিংবু।

লাখা তৌনখিবো মখোয়শিংগা, কৈকৌজনি নবুংশিংছুনা ;
উকু খেংপা উহৈ চানা, হিংবা ! কয়াদা পোঙছুনা ভাংখারিবা
ময়েক ১০ শুবদা যতি লৈ । পদ ৪, পগু ১

## প্রকৃতি ছন্দ

একবিংশত্যক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ২১না লেংবা পদ )

অহিং মুংখিল চাকশিন নাইনা, ব্রহ্মা, ইন্দ্র, বায়ু যমনচিং ;
খোগল তোররিবা খোয়মশিং, অতুগুম্বা রাবণ নিংখৌনি ।
অচুম্বীন্নু মনাউনি নখোয়দি ; নমু ইচিঙ্গাকনি তাইবংমীদি;
উশিং খৌওইদনা ভাংবা তাছুনা, হিংছুনা লৈনিংত্রা নখোইশি ।
ময়েক ১১ শুবদা যতি লৈ । পদ ৪, পগু ১ ।

## আকৃতি ছন্দ

দ্বাবিংশত্যক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ২২ না শাবা পদ )

নরিল লৈত্রগম্নু হায়ু হায়ু হায়ু ।
হিংচাবী সুপীগী লাল হৌরুগে ।
পঞ্চবটী চাখাইরুগে মিকুপ্তা,
রাম লক্ষ্মণ থুনা ফারুগে ।
ভারৌ লৌনা চাখোকে ; ইপূক পেম্না ;
নাত্তোল ককপা লম্মল শিংজগে ।
নরিল লৈত্রগম্নু হায়ু হায়ু হায়ু ।
সুপীগী লাঙ্গোং থুনা শিন্নুগে ॥
ময়েক ১২ শুবদা যতি লৈ । পদ ৪, পগু ১ ।

## বিকৃতি ছন্দ

ত্রয়োবিংশত্যক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ২৩ না শাবা পদ )

অমতা ওইবী মচল মুংশিপ্রবী,
রাক্সা খুমপ্রবা নাওথী শাবা রা
রাহৈ পুক্সিং থৌগৎরোলবু ওইবা,
তাবিরে খর দূষণ অনিনা
কোলোয় চিনপাও শীরে মুংশি রাহৈনা,
ইচল মুংশিথোইবী থাদোইও
নবুং ঐথোই অহুমগুনা লৈরিভৈ
ইচলবু কনা লাকচ শুমগনো।

ময়েক ১২ গুবদা যতি লৈ। পদ ৪, পত্ত ১

## সংকৃতি ছন্দ

চতুর্ব্বিংশত্যক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ২৪ না শাবা পদ )

ইচল মুংশি হায়ুনা! নংনা অপাম্বা
রাম লক্ষ্মণ অনিমকপু হাৎলুরা?
পুরকউরা ফারুহুনা ননাক তামা;
ইচলনা হায়বতা তৌগনিদা
মবুং অনিগী চীনপাউ তারহুনা;
শূর্পনখা হরাউ নোকফেৎ তৌনা
খুমখি; হাৎকমু মচিল মনাওনিবু
শামগে হাপ্তুনা লাইথী লুপাক্রুদা।

ময়েক ১২ গুবদা যতি লৈ পদ ৪, পদ্য ১।

## অতিকৃতি-ছন্দ

পঞ্চবিংশত্যক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ২৫ না শাবা পদ )

অচুপী মতুং খোকপদা খরদূষণনা ;

লিশিং তরামরি লান্মী হিংচাবা ;

শিংজং পায়বা লিরুং পায়বা গদা পায়বা ;

থাং পায়বা তা পায়বা ময়ামগা ।

মকোক্ অনি, অহুম, মরি হেম্রশু লোংবা,

শকওই শকুম অকিবা কংবা ;

পাইখংখি খকলোমদা পুম্মম-ময়া ;

সুংথিলদা খাশি নোংয়াই মালেনা ।

ময়েক ১৪ শুবদা যতি লৈ, পদ ৪, পদ্য ১ ।

## উৎকৃতি-ছন্দ

ষড়বিংশত্যক্ষরাবৃত্তিঃ ( ময়েক ২৬ না শাবা পদ )

পুমনিল নিলখি অতিয়া শিনবা থুংনা,

পাইশিল্লক্লে রাম লক্ষ্মণ তয়া

রাম লক্ষ্মণ মথুত্তা লিরুং পায়হুনা

তেন্দোংদগী তেন অথৌবা সত্তুনা

কাপখি, থুনা য়্যাংনা হিংচাবগী মায়োক্তা

থুকাপ থুদিংদা তেয়া পাইখিহুনা

ককখি ওক, খোং, থুৎ, পান্থোম হিংচাবশিংগী

পৃথ্বী কুপখরে অশিবা মশাতনা

ময়েক ১৪ শুবদা যতি লৈ, পদ ৪, পদ্য ১ ।

# লৌকিক্

## পয়ার অমসুং ত্রিপদী ছন্দ

পয়ার অমসুং ত্রিপদী ছন্দ সংস্কৃতগী বৈদিক ছন্দ লাইরিক অরিবদা য়াউদে ; বাঙ্গালা লোনগী রামায়ণ মহাভারত অমসুং ধর্ম্ম লাইরিক পুম্নমক ছন্দ ২ অসিতনা লেংখিবনি। হিন্দী অমসুং তেখাওলোন্দসু ইনৈ। হৌজিক স্কুল পাঠ্য লাইরিক্কুসু চৎনরি মখোয়গী। মসি লৌকিক-ছন্দনি।

## পয়ার-ছন্দ

### পদ্য ১

পদ অনি অনিনা শাবা, পদ ১ বর্ণ ১৪ না লেংবা ; বর্ণ ৮ শুবদা যতি লৈবা পদ ২ মক্কী অরোইবা বর্ণ স্বর মাপ্পনা থম্বা অদুবু পয়ার ছন্দ কৌই। পদ ২ না পদ্য শাবগী দ্বিপদী ছন্দ হায়বসু য়াই।

উদাহরণ— প্রাচীন বাঙ্গালা পয়ার-সত্যনারায়ণ পাঁচালীদগী

(৺রামভদ্র কবিনা লেংবা।)

হাস্তিনা পুরীতে পুরা, পাণ্ডবভূপতি।
একদিন যুধিষ্ঠির, গোবিন্দ সংহতি ॥
বিরলে বসিয়াবহু, করে আলাপন।
করপুটে যুধিষ্ঠির, করে নিবেদন ॥

++++++++++++++++++++++++

++++++++++++++++++++++++

পদ ৪, পয়ার ২। বর্ণ ১৪ না লেংবগী বৈদিক্তা শর্করী ছন্দ কৌই।

**অর্থ**— হস্তিনা পুরিতে—হস্তিনাপুর কোনুংদা। পূরা (পুরা কালে)—খায়না মমাংগৈদা। পাণ্ডব ভূপতি—পাণ্ডবনিংথৌ। একদিন—নোংমা। যুধিষ্ঠির—যুধিষ্ঠিরনা। গোবিন্দ—শ্রীকৃষ্ণগা। সংহতি—লোইনদুনা। বিরলে—চীক্লা। বসিয়া—ফম্লদুনা। বহু—য়াম্লা। করে—তৌরে। আলাপন—য়ারি শান্নবা। কর পুটে—মখুৎ চাংজো লোমদুনা। যুধিষ্ঠির—যুধিষ্ঠিরনা। করে—তৌরে। নিবেদন—হঙৎচবা, হায়জবা।

**ব্যাখ্যা**— খায়না মমাংগৈদা, হস্তিনাপুর কোনুংদা নোংমা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা শ্রীকৃষ্ণগা লোইনদুনা ফম্মিন্নরগা চীক্লা কথা অলাপন (য়ারি শান্নবা) তৌনখি। মখুৎ চাংজো লোমদুনা যুধিষ্ঠির নিংথৌনা শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা (মখা চখবা য়া) হঙৎচখি।

পয়ার ছন্দ অসি মৈতৈ কবিশিংনা চপচানা লেংবা, শৈরেং লাইরিক্তা থেংনদে। কবিতা ১ গী মনুংদা পদ ২, ৩ দি হায়কেং মান্নবা উই।

মৈতৈরোন্দা অশেংবা পয়ার-ছন্দগী উদাহরণ। লেখক্লা লেংবা

পন্দৌ রাশকপা ঙাক্লবা শ্রীরামচন্দ্রনা,
বন্দা লেংখি 'মা পোক্তবী, কৈকেয়ী খুজিন্না।
মরান করম্বা লৈদুনা, বিধিনা তাখিবা,
নোংখোংদনা বক্লতাবা, মান্নখি অযোধ্যা।

পদ ৪, পয়ার ২, বর্ণ ৮ গুবদা যতি লৈ। পদ ১ গী অরোইবা ময়েকী স্বর বর্ণ মান্নৈ। বর্ণ ১৪ না লেংই।

## ত্রিপদী ছন্দ

ত্রিপদী মখল ২ গুই। লঘুত্রিপদী অমস্তুং দীর্ঘত্রিপদী। আসামগী সাহিত্যদা—লঘুত্রিপদীবু "নেচারি" অমস্তুং দীর্ঘত্রিপদীবু "ছুলড়ী" ছন্দ কৌই।

**লঘুত্রিপদী**— পদ ৩ না লেংই। ময়েক তরুক তরুক্তা লেংবা পদ ২, মথকী পরেংদা থমই; মথাগী পদ অহুমা ময়েক ৮ না লেংই। ময়েক তরুক তরুক্তা লেংবা পরেং ২ গী অরোইবা স্বর মান্নবা থমই। ৩ গুবা ময়েক ৮ না লেংবা পরেংগী অরোইবা ময়েকী স্বরগা লাকদৌবা ৬ গুবা পদগী অরোইবা বর্ণগী স্বরগা মান্নগনি। পদ ৬ গুক্তিকৈ পদ্য লোইবা য়াদে। মরম অসিনা ষটপদী (মখোং ৬ পানবা) ছন্দ হায়বসু য়াই।

উদাহরণ— প্রাচীন আসামগী প্রহ্লাদচরিত্রদগী
৺শঙ্করদেবনা লেংবা।

স্তুতি ( লৈশী-লৈখোনবা )

ব্রহ্মা সিদ্ধমুনি আদিও ন পারে
পূজিবে তোমার পায়।
কিবাস্তুতি-নতি করিবো হেঁ আমি
অসুর ক্রুর স্বভাব।

**অর্থ**— ব্রহ্মা— ব্রহ্মা। সিদ্ধ মুনি— সিদ্ধ কংবা মুনিশিং। আদিও— অসিনচিংবনা। ন পারে— কঙ্ঙমদে। পূজিবে—পূজা-

তৌবা। তোমার— নহাক্কী। পার— চয়নূ, খোং। কিবা— করম হায়না। স্তুতি-নতি — হায়জবা, নোঞ্জবা, লৈশী লৈথোনজবা। করিবো হোঁ— তৌগনি। আমি— ঐনা। অসুর— হিংচাবা। ক্রূর— অপৈবা, শেংদবা। স্বভাব— লমচৎ, সাজৎ পুকচেল।

**ব্যাখ্যা**— ব্রহ্মা, সিদ্ধি ফংলবা মুনিশিংনসু, ইবুংঙো নহাক্কী চয়নূ পূজা তৌবা ফংনদে। হিংচাবগী শাগৈদা পোকপা, লমচৎ চুমদবা পুকচেল শেংদবা ঐনা করি থংনা নঙোলদা হায়জগদবনো? অসুম হায়না ৺নরসিংহগী চরণদা খুরুমজনা প্রহ্লাদনা লৈশী-লৈথোকখি।

উদাহরণ ২শুবা—মীওইবা

( কবি চাউবনা লেংবা থাইমগী লৈরাংদগী )

নোংদম্বা বিধিনা কপনবা শীন্দুনা
তাইবং মীবু থারক্লে।
পুন্সিগী ঈপাক্তা রাবগী-ইরৈদা
ঐখোইনা ঈরাক্লরে।
\+ + + + + + + + + + + + +
\+ + + + + + + + + + + + +

উদাহরণ ৩শুবা— লেখক্না লেংবা

ইবেম্মা সীতাগা মনাও লক্ষ্মণগা
শ্রীরামগী তুংইন্নখি।
য়াবিদরে থাম্বা প্রজা পূন্নমক্না
মীয়াম্না কপ্লাউনখি।

## দীর্ঘ ত্রিপদী ছন্দ

দীর্ঘত্রিপদী : অহানবা পদ ২ বর্ণ ৮।৮ না লেংই। ৩ শুবা পদ বর্ণ ১০ না লেংই। নিয়ম অতে পুন্নমক্ লঘু ত্রিপদীগা মাম্নৈ।

উদাহরণ ১বা— লৌউবা

(কবি চাউবনা লেংবা খাইনগী লৈরাংদগী)

ইসুংশোরা তৈরকলে, চীংথৈ ফিজুপ্ন হল্লক্লে।
কাকী লপ্নাউনা শীনখরে ;
খুনগী লৌরাং শুবনা ষম্পোৎ লাঙ্গোল পান্দুনা
লৌবুকী মাইগৈ ভমখরে।

\+ + + + + + + + + + + + +

++ +++ +++ ++ +++ ++ ++

উদাহরণ ২ শুবা— লেখক্না লেংবা।

পঞ্চবটীদা লৈরিঙৈ সীতা মদোম ঙাইরিঙৈ
রাবণ লাকখিএ মায়া তৌনা।
ব্রাহ্মণ ভীক্ষারী শানা হনু চৈশু পাল্লোয়ননা
হায়রৈনে ভীক্ষা হাপ্পীয়ু ইমা।

# নব্য-ছন্দ

## ছন্দ অনৌবা

মথক্তা হায়খিবা, বৈদিক-ছন্দ ২৬ অমসুং লৌকিক-ছন্দ ৩ অসি নত্তবা ছন্দ মথল খরা আসাম অমসুং বাঙ্গলা দেশগী নব্য

কবিশিংনা পুথোয়কই। মসিবু "নব্য-ছন্দ" কৌই ছাত্র-ছাত্রীশিংনা খংননবা, উদাহরণ য়াউনা "নব্য-ছন্দ" গী মথল খরা মথাদা ইয়বনি।

উদাহরণ ১বা— বাঙ্গল ( বাঙ্গালা )

একতার হিন্দু রাজগণ
সুখেতে ছিলেন সর্ব্বজন
সে ভাব থাকিত যদি পার হয়ে সিন্ধুনদী
অসিতে কি পারিত যবন ?

\+ + + + + + + + + + + + + + + + + + + + +
\+ + + + + + + + + + + + + + + + + + + + +

ময়েক ৮।৮ না লেংবা পদ ২, ময়েক ৬।৬ না লেংবা পদ ২, অমুক পরেং ৮না লেংবা পদ ১ গা পদ ৫ না পদ্য অমা শাই, ময়েক ৮ না লেংবা পদ ৩ মক্তা অরোইবা ময়েক "ন" মান্ননা থমই, ময়েক ৬ না লেংবা পদ ২ গী অরোইবা ময়েক "দি" অমসুং "দী" নি ; হ্রস্ব দীর্ঘ নাইরবসু মাগৈ হায়না লৌগনি। মসি নব্য ছন্দনি ( অনৌবা ছন্দনি )।

অর্থ— একতার— অমত্তা ওইনা, পুকচেন তিন্নবা। হিন্দু-রাজগণ—হিন্দু নিংথৌশিং। সুখেতে—নুংঙাইনা। ছিলেন— লৈরমই, পাল্লমই। সর্ব্বজন—মী পুম্নমক, প্রজা ময়াম। সে ভাব— পুকচেল অদু। যদি থাকিত— লৈরম্লবদি। পার হয়ে—লান্দুনা, লাহোক্তুনা। সিন্ধুনদী— সিন্ধু তুরেন। আসিতে—লাকপা, চংবা। কি পারিত— ঙম্মগন্ত্রা। যবন— মুসলমান, পাঙন।

ব্যাখ্যা— ভারতকী হিন্দু নিংথৌশিং অমগা অমগা পুকচেল অমত্তা ওইনা লিচিং মামনা, প্রজাশিংগা লোয়নচনা য়াম্না নুংঙাইনা পাম্নমই। অচুপ্তবা ফজনরবা পুকচেল অমা ত্তুংকুইনা লৈনরম্লবদি, সিন্ধু তুরেল শাম্বোরক্তুনা পাঙলশিং ভারতবর্ষদা চংবা ঙম্মোই-দবনি।

উদাহরণ ২ শুবা ৺কবি চাউবগী থাইনগী লৈরাং
(মথকী বাঙ্গালা শৈরেংগী শিন্দম হায়কেং চংই। খরা খেন্নৈ চেকশিন্দে)

শিবা

ওসি শিনি পাউচেন্দে,
হয়েং লোল পাউতাক্তে,
লৈরাং লৈখোক লোম্বগা হৈরংগু লমুন ফারগা
মালেম খঙ্গা কেনখিনি
শিবগী মতম খংবরা ?

++++++++++++++++ অনৌবা ছন্দ
+++++++++++++++

উদাহরণ ৩ শুবা— চেতনা শ্রীযুক্ত পদ্মনাথ বরুৱা।

অজ্ঞান অন্ধকার ঠোনি,
জ্ঞানর পোহর বোনি,
জিলকে পুবত,

ঝিনিকা পাখিরে উরি,
বিস্তারে বসুধা জুরি,
ঝিনিঙনি যত,
+++++++++++++++++++++
+++++++++++++++++++++

অহানবা ২শুবা ৪শুবা অমসুং ৫শুবা পদ ৪, ময়েক ৮।৮ না লেংই। অষ্টম অমসুং ৬ শুবা পদ মরেক ৬।৬ না লেংই। ময়েক ৮ না লেংবা পদ ৪ ইকারনা লোয়া ওই, মরেক ৬ না লেংবা পদ ২ গী অরোইবা বর্ণ অকারন্ত "ত" ওই, পদ ৬ না পদ্য ১ শাই, "নব্য-ছন্দ" নি।

অর্থ— চেতনা— জ্ঞান, জ্ঞানগী মঙাল। অজ্ঞান— মুর্খ, অপংবা, জ্ঞান তাদবা। আন্ধার— অমম্বা। ঠেনি— ইম্বোক্তুনা। জ্ঞানর— জ্ঞানগী। পোহর— মঙান। বেনি— নুমিৎ ( Sun )। ঝিনিকে— ভাপ্লে, ভাম্বোরক্লে। পূবত—নোংপোক্তা। ঝিনিকা— অঙানবা। পাখিরে— মশানা ( wings )। ঝিনিকা পাখিরে— পুমঙান ঙানবা ওইবা মশানা। উরি— পাইদুনা। বিস্তারে— সম্পোক্লে। বসুধা— পৃথী, মালেম। জুরি— সীন থুংনা। ঝিলিঙনি—অঙানবা মারকশিং। যত— মখৈ, খিবিক, ময়াম।

ব্যাখ্যা— নুমিৎকা মান্নবা ঙানব, জ্ঞানগী মঙাননা, অমম্বগী মশক ওইবা অজ্ঞানখিবিকপু ইম্বোক্তুনা, নোংপোক মাইকৈ ভাম্বোরক্লে। মশা অঙানবনা ওইবা, নুমিৎকী মশক ওইবা জ্ঞানগী

মঙান অহ্নু পাইহনা, অঙানবগী মরিকময়ামশিং পৃথী শীন থুংনা শন্দোকখরে। ("চেতনা" হায়বা কবিতা অসিগী অর্থ শুননবা (হন্দোকত্রবদি কোইথোকখরে) কবিতা অসিগী ভাব লৌবা রাগনি)।

উদাহরণ ঃ শুবা — ৺কবি চাউবগী থাইনগী শৈরাং।

মেরাগী থাবল

শরৎকী মেংলবা থাবয়া
মালেম চাংজৌ থুমবদা,
ঈয়াইদা কোন্দোল কাবশুম,
থাবলগী ইপোম মরক্তা,
থয়ান্মিচাকী পরেংনা,
নোংমদোন শীনবা থুংখরে,

++++++++++++++++++++
+++++++++++++++++++++

শৈরেং অসিস্তু মথক্কী "চেতনা" শুবা শৈরেংগী কিদম লৌহনা ইবনি ময়েক মশীং চাম্নদে। অহুমশুবা অমসুং তরুকশুবা পদগী অরোইবা বর্ণ মায়দে।

---

# সুদীর্ঘ ত্রিপদী

মথক্তা হায়খিবা ত্রিপদী-ছন্দ মখল অহুমগী মথক্তা অমুকন্সু কবিশিংনা লেংথোকপা ত্রিপদী মখল থরা লৈ। মতৌ—মথক্কী পরেং ২ ময়েক ৬ ৬ না লেংলগা, অহুমশুবা পরেং অহ্নু ময়েক ১০।১২ না

লেংই। মথক্কী পরেং ১ ময়েক ৮ নত্রগা ১০ না লেংলগা অহুমশুবা পরেং অত ময়েক ১২ ১৪ নত্রগা ময়েক ১৪।১৬ না লেংই. অসিগুম্বা ত্রিপদীবু "সুদীর্ঘ ত্রিপদী" কৌবা য়াই। মথক্কী পরেং ২গী অয়োইবা বর্ণ ২ মাম্নগদবনি ৩শুবা পরেংগী ৬শুবা পরেংগী অন্ত্যবর্ণম্ন মাম্নগদবনি।

উদাহরণ ১বা— ৺রাম সরস্বতী কবিনা লেংবা

## দ্রৌপদীর বিলাপ

( দ্রৌপদীনা তেংথাবা )

দ্রুপদ নন্দিনী মনে গুনি, স্বামী সকলর বাক্য শুনি,
রাজহংস গতি চলিগৈলা ধীরে ধীরে।
যথাতে আছন্ত দের হরি নৃপতি সকলে মধ্য কার,
তথাতে চলিলা, বহে নয়নের নীর ॥

+ + + + + + + + + + + + + + + + + + + + + +
+ + + + + + + + + + + + + + + + + + + + + +
+ + + + + + + + + + + + + + + + + + + + + +
+ + + + + + + + + + + + + + + + + + + + + +
+ + + + + + + + + ++ ++ ++ ++ ++ +

মথক্কী পরেং ২ ময়েক ১০।১০ না লেংই। ৩শুবা পরেং ময়েক ১৪ না লেংই। "সুদীর্ঘ ত্রিপদী"

অর্থ— দ্রুপদ নন্দিনী— দ্রুপদ নিংথৌগী মচানুপী, দ্রৌপদী। মনে— মপুক্তা গুনি— মওন, মওন খল্লগা। স্বামীসকলর— মপুরোইবাশিংগী। বাক্য— য়াথং শুনি— তারহনা। রাজহংস—

কাণ্ডা। গতি— থোংচৎ, খোংথাং। চলিগৈলা চৎলে। ধীরে ধীরে তপ্না তপ্না। যথাক্তে—মকম অক্তদা আছন্তু— লৈরি। দেব—লাই শ্রীহরি— শ্রীকৃষ্ণ নৃপতি—নিংথৌ। সকলে—ময়াম্না মধ্য—ময়াইদা। করি—তৌদুনা ( থম্লদুনা, ফম্লদুনা )। তথাক্তে— মকম অক্তদা। চলিলা— চৎলে। বহে— শিঙ্গরে, চেল্লে। নয়নর— মিৎকী, মিৎলুদগী। নীর— লাঈজা, পীরাং পীরেন।

ব্যাখ্যা—দ্রৌপদী মপুরোইবশিংগী য়াথং তাংজলুদা থোং-গত্তুনা, মপুক্তা মওন মওন রাখল খল্লগা, নিংথৌ ময়াম্না থৌগন তৌরদুনা ময়াইদা ঙাক্লোইন লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ নাক্তা চৎথি—কাওানা তপ্না তপ্না মশা নোমকৌ নোমহৌ চৎপগুম দ্রৌপদীগী মিৎলু নাপোম অনিদগী লাইজা পীরাংস্থ অতং অথম লৈতনা শিঙ্গথিরমই।

উদাহরণ শুবা — লেইক্লা লেংবা।

### তাইবং মালঙ

তাইবং মালঙসি মিত্রং সমক্রনি,

খল্লুরগা লৈরাং অতিঙানি।

অমুক লুপথবা, অমুক তাওথবা,

নমু তাইবং কৌবী শিঙনাংনি।

অচৌবা ঈথৎনা পনকম লৈতনা,

মাইকৈ থং-লৈতনা পুরিঙৈ;

অমুক লুপ্তুনা, অমুক তাওদুনা

নমু তাইবং ঈরাক্লরিঙৈ।

ওইরিবৈ নহা চেৎনা য়েক্লম্বা,
থম্মোইম্নুংগী কোর্ব্বাকলেন্দা ;
পুন্সিগী মমুংদা থবক তৌগদবা,
ওমদবা তারে পাংথোকহৌবা ।
পুন্সিদি হৌথরে, অহন ওইরক্লে,
পাইমা লৌশিং মথৌ হল্লক্লে ।
স্বর্গদা কানবা, কৈরাকপ্ন রাবম্না
য়ৈথোকখিবদা ওসি হয়েং ;
থাবা ওমহৌদনা শিথরে তাবদা,
নীংশিংহুনা ঊনবী পুক্নুংদা ;
হায়! মাংলে! মাংলে! অরেম্বা তাথরে,
নীওওমক্তে হৌজিক অসিদা। "সুদীর্ঘ ত্রিপদী"

মথক্কী পরেং ২ময়েক ৬ ৬ না লেংই । মথাগী পরেং ময়েক ১০ না লেংই ।

---

## পদ্য-গদ্য-মিত্র-ছন্দ

(শৈরেং-রারেং-ময়াম)

### মৈতৈ-ছন্দ

মথক্তা উৎখিবা ছন্দশিংগী নিয়ম চত্তনা লেংবা পদ্যগা গদ্যগা য়ায়বগুম তৌব'—পেনা ইশৈ, মোইরাং পর্ব্ব, খুল্লং ইশৈ, *

* "খুল্লং ইশৈ" অসিগী বানান করাগুম্বনা "খূলৈ ইশৈ" অম্নমনম্নু ইবৈ । মসি চুমদে, খুল্লংগী অর্থ খূলং চৎনবা হায়বনি । থাবী-থানৌ অহাই-অথুম

( প্রেম সঙ্গীত ) কৌণ্ডবী অমসুং থাবল চোংবী ইশৈ অসি "মৈতৈ ছন্দনি", থায়নগী ঊঝাশিংনা ইরম্বা লাইরিকস্ত মৈতৈ ছন্দদা ইখিরমই ।

উদাহরণ— সনা মানিক লায়রিক্তগী ।

প্রানাসিখু নিংথৌ। পুমাতেপ মালেম লৈকোই সেমবনা, মপারি ৭ সুনা পোকএ, নিংথৌ মচা ৬ মাতী, লোনয়ী মায়ীম্ ওমনা নাএখিরে। মসানৌ লৈরাং অতোনবা মপা কুরু নাএ। মাউ-উচা চংএ। নামু মী ওএপাকি মারাল য়ীম ওএ থৌতা য়াওপিতে। নিংথৌমচা ওএপাকি। নমু মিরল চাপাত্তা য়াপিতে প্রানাসিকি লএপাক্তা, মাপা কুরু লৈত্তারে। মাহে সিনস্তু মানা মথোইয়াপাকি, লৈপাক থুল্‌কং লানকে। মীয়এপাক নিংথৌপালবা থুদিং, য়াপা কুরু নাইরুগে হাইনা নিংলপকি। মসি পেনা ইশৈ ওইনা শকপা য়াই।

ব্যাখ্যা— লৈপাকী মুংঙাই য়াইকনবা শেম্বা নিংথৌ, প্রানাসিখু কৌবা মচা ৭ পোকই। মচা ৬দি ময়ুম মকৈ পানঞ্জে। মচা অতোম্বা য়ুম পানবগী থবক য়াউনীংজে। নিংথৌমচা ওইবগী পুকচেল চেন্দ্রে ; মীগী মপানস্তু চানিংদে ; মহৈগী মপান চানিংহুনা উঝা গুরুদা চংহুনা মহৈ তম্বা হৌখি। মানা মহৈ মশিন হৈবা

তোনবা, হৌজিকী অনৌবা য়ুগ অসিদা, সাহিত্য চাউখৎপগী মতুংইন্না মথক্তা উৎখিবা, শৈরেং-খারেং ময়ানওইবা মৈতৈ ছন্দ অসি শৈরেং লাই-রিক্তা ইবীয়রোইদবনি। হিন্দী, বাঙ্গালী অমসুং আসামী কবিশিংনা পত্ত ইবদা, ময়েক মশীং কাইদনবা চেকশিনবগুম মৈতৈ লেখকশিংসু চেক-শিনবিনবা নিংশিংজরি সাহিত্য মচু তানবা হোৎনবিগদবনি।

হেনখিবগী মাগী লৈপাক্তা তম্বীনবা উঝা লৈত্রে। লৈপাক খুঙ্গং লায়া চত্তুনা মাবু তম্বীবা ওম্বা উঝা খিক্লগে নিংখি।

---

## অর্দ্ধসমবৃত্তং

### চতুষ্পদী পদ্য

৺তুলসীদাসগী দোহা

(১)

তুলসী! যব জগমে আয়ো,
জগো হসে তোম্ রোয়্।
অ্যায়স করনি কর চলো কি
তোম্‌হসো জগো বোয়্।

(২)

রাজা করে রাজ্য বশ্
যোদ্ধা করে রণ জয়।
আপ্‌না মন্‌কো বশ্ করে যো
সব্‌কো মেরা ওই॥

পদ অহানবগা. তগুবগা, অমসুং ২ শুবগা ৪ শুবগা বর্ণ মশীং মায়রে।

(১) অর্থ — যব— মতম অদুদা। জগমে— জগত্তা, তাইবং-পানবদা, সংসারদা। আয়ো— লাকই। জগো— তাইবংমীনা। হসে—নোকই। তোম্—নং; রোয়্—কপ্‌ই। অ্যায়সি— অসিগুম্বা।

করনিকর—তৌহনা। চলো—চৎখো কি—করি। তোম্—নং। হসো—নোকৃউ। জগো—তাইবং মীনা। রোয়্—কপই।

**ব্যাখ্যা**— হে তুলসী! মংনা সংসারদা লাকপদা (পোকপদা) মীনা নোকখি, নংনদি কপখি। নং অসিগুম্বা থবক তৌহনা চৎখি-গদবনি (সিখিগদবনি) মতুদি নংনা নোক্নুনা লিবা, মী কপ্তুনা লৈহৌবা।

(২) **অর্থ**— রাজা—নিংথৌ। করে—তৌই। রাজ্য—দেশ, লৈপাক। বশ খুথম চনবা, শাসন তৌবা। যোদ্ধা—লান্মী। করে—তৌই। রণ—লান। জয়—ভগ্না, মাই-পাকপা। আপনা—মশাগী। মনকো—পুক্নীংবু। বশ—খুথম চনবা। করে—তৌই। যো—মহাক্না। সবকো—খ্বাই পুম্নমক্তগী। যেরা—অখোইবা। ওই—মহাক।

**ব্যাখ্যা**— নিংথৌনা লৈপাক শাসন তৌই, লান্মী অখৌবনা লানভমৃই। মশাগী মপুক্নীং খুথম চম্ন থম্বাভম্বা মী মহাকতো নিংথৌ অমস্থং লান্মী অখৌবদগীস্থ হেম্ন থাইবনি।

---

# সংখ্যাকোষ—শব্দনা সংখ্যা তাক্পা

## মশীং থংননবা রাহৈ

মশীং থংননবা রাহৈশং সংস্কৃত শ্লোক্তা হাপ্নে। পদ্য লেংবদা শিজিন্নবা য়াবা অমস্থং ছাত্র ছাত্রীশিংগী জ্ঞান থরস্থ হাপকৎকনি থন্দুনা মশীং থরদং থঙ্গস্তুন মখাদা ইজরে; অমরোমদা মণিপুরী সাহিত্যগী মচাকস্থ ওইহৌনি।

| মশীং | সংস্কৃত শব্দদা | মৈতৈ রাৎৈদা ম্রাবা |
| --- | --- | --- |
| ০ | খ, গগন, আকাশ | অাতয়া, অাতিঙা, শূন্যং, শূন্ |
| ১ | চন্দ্র, আত্মা | থা'জ, কোক। (১দি মশীংগী মকোক্তি অমম্তুং মী ১গী কোক ১ পাল্লি) |
| ২ | নেত্র, পক্ষ | মিৎ, পক্ষ। (মী অমগী মিৎ ২ পাল্লি। উচেক ১গী মশা ২ পাল্লি। থা ১দা পক্ষ ২) |
| ৩ | কাল, অগ্নি, গুণ, রাম | গুণ, রাম, গুরু। (মৈতৈ গুরু ৩নি, লৈরাং, মঙাং অমম্তুং খুম্মন ও অা'সনি) |
| ৪ | বেদ, বর্ণ, যুগ, আশ্রম | বেদ, যুগ, চুথেক, (বেদ, যুগ অমম্তুং চুথেক মরি মরি শুই) |
| ৫ | ভূত, প্রাণ, বান, পাণ্ডব | থরাই, পাণ্ডব, (মঙা মঙা শুনা লৈ) |
| ৬ | ঋতু, রস | ঋতু, মহাউ, (তরুক তরুকশুনা লৈ) |
| ৭ | দ্বীপ, মুনি, সাগর | হথৎ, মুনি, সমুদ্র, চয়োল (তরেৎ তরেৎ শুনা লৈ) |
| ৮ | সিদ্ধি, বস্ত্র | সিদ্ধি, বস্ত্র, যুথক (যুথক চনা যোংমা শাই) |
| ৯ | অঙ্গদ্বার, গ্রহ | হকচাংগী থোং, গ্রহ (৯ম শুনা লৈ) |
| ১০ | অবতার, দিগ | অবতার, মাইকৈ (১০।১০শুনা লৈ) |
| ১১ | রুদ্র, শিব, কুরুসেনা | রুদ্র, শিব, কুরু লান্মী (কুরু লান্মী অক্ষৌহিণী ১১) |
| ১২ | আদিত্য, অর্ক, রাশি, মাস | থ, রাশি (থা অমম্তুং রাশি ১২ নি) |
| ২০ | নখ | খুজিল (মী অমগী খুজিল ২০ পাল্লি) |
| ১০০ | কৌরব কুরুপুত্র | কুরু মচা (দুর্যোধন মচিন মনাও ১০০ শুবনি) |
| ১০০০ | অনন্তশীষা | অনন্ত মতোক (অনন্ত মতোক ১০০০ অমা পাল্লি) |

সংস্কৃত শব্দনা ওইরবস্সু মৈতৈ রাইদনা ওইরবসু, পুক্নীংগী অপাম-অপাঙা রাখলগী মতুং ইন্না শেজিন্নগনি।

উদাহরণ ১নবা— সংস্কৃত শ্লোকশিংগী ;

শ্রীরামনারায়ন বিদ্যারত্ননা লেংবা

রুদ্রাষ্টচন্দ্র প্রমিতে শকাব্দা

ইষস্য মাসস্য মহালয়ায়াং (১)

সমাপিতা শোভন পুস্তিকেয়ং

শ্রীরামনারায়ন – ভূসুরেন

ময়েক ১১না লেংবা— "ত্রিষ্টুপ ছন্দ" নি

অর্থ—রুদ্রাষ্ট—রুদ্র+অষ্ট গী সন্ধি ওইবা। অর্থ— রুদ্র— ১১। অষ্ট—৮। প্রমিতে—চাংদমদা, মশীংদা। ইষস্য— লাংবনগী। মাসস্য—থাগী সমাপিতা—লোইরবা। শোভন—চংথোনবা। পুস্তিকেযং –পুস্তিকা—লাইরিক। ইয়ং—অসি।

(১) লাংবন থাগি হায়বদি লাংবন তর্পণ লোইবা নুমিৎ অসি "মহালয়া" হায়বা পর্ব্ব নুমিৎ অমনি। নুমিৎ অসিদা "মহালয়" পার্ব্বন শ্রাদ্ধ শোন্দুনা পিণ্ড ১৬ কৎপা হোৈ। শ্রাদ্ধ যোগ্য মতমদা রবি কন্যা রাশিদা লৈত্রবা কুমদা মহালয়া থোক্কে।

উদাহরণ ২শুবা— জ্যোতিষ শাস্ত্রদগী

চন্দ্র ভূত গ্রহা নেত্র রসদিগ্বহ্নি সাগরাঃ ;

বেদ সিদ্ধি শিবাদিত্য বাত চন্দ্রা প্রকীর্ত্তিতাঃ।

অর্থ— চন্দ্র —অমা। ভূত—মঙা। গ্রহ—মাপল। নেত্র—

অনি। রস— তরুক। দিগ— তারা। বহ্নি—অহুম। সাগর—তরেৎ। বেদ—মরি। সিদ্ধি—নিপান। শিবা—তরামাথোই। আদিত্য—তরানিথোই। মেষদগী হৌরগা, রাশি ১২গী মথংশিত্রা, ইরিবা মশীংশুবদা চন্দ্র লৈরবদি, রাশি রাশি অতুগী মাত্ত চন্দ্র থোকই। মরেক ১৬না লেংবা অষ্টি ছন্দনি।

উদাহরণ ৩শুবা— থ-না লাইরিক্তুগী

বানের পৃষ্ঠে দিয়েবান।
পেটের ছেলে সনে আন ॥
নামে মাসে করি এক।
আটে হরে সন্তান দেখ ॥

\+ + + + + + + + + + + + + + +
\+ + + + + + + + + + + + + + +

মরেক ৯না লেংবা "বৃহতি" ছন্দনি। ৩শুবা পরেংদা মরেক ১দি রাৎলি।

অর্থ— বানের—৫গী। পৃষ্ঠে—মনমগন্দা। দিয়ে—পীদুনা, হাপ্তুনা। বান—৫। পরেং অসিগী অর্থ মশীং ৫৫। পেটের—পুক্লুংগী। ছেলে—অঙাং। সনে—হোত্তুনা, অক্ত তৌদুনা। আন—পূথোক্লো থংও। নামে—মমিংগা। মাসে—থাগা। করি—তৌদুনা। এক—অমা। করি এক তিনশিন্নগা। আটে—৮না। হরে—য়েন্নদুনা সন্তান—অঙাং। দেখ—য়েংউ। সন্তান দেখ—অঙাং অদু মুপীরা, নিপ রা য়েংউ ( থংও )।

ব্যাখ্যা— মশীং ৫৫দা মারোনবা মুপীগী মমিংগী মরেক মশীংগা

গর্ভপুৰগী খাশিংগা তিনশিল্লগা ফংবা কল অতুবু ৮না যেল্লু, অরেম্বা মশীং য়েংহনা, অঙাং অতু নিপাল্লা নুপীরা খংগনি।

উদাহরণ ৪শুবা— মৈতৈরোল্লা লেংবা

৺ডাকুর কমল পোক্‌পা

খৃষ্ট হায়বা লাকই কুমশীংদা,
গ্রহ গ্রহ যুথক শীং'কোক্তা ॥
লোয়দাম্ মার্চ্চ থাক্তা কৌবগী।
মাকৃমৈ থৱাই মিং চনবগী ॥
কোয়ৌ থাংজা নুমিত্তা।
মঙ্গলারত্তীগী মতমদা ॥
কোলোইনা কমল কৌবদো,
পুক্নি ইৱাল্লৈ তেনবদো।
ইমাগী পাল্লি অচংথোকপা।
ইমারোল লেংহৌ নমজীংবা ॥
কাঞ্চিপুর সনা কোন্নুংগী,
ভাইবী লংথবান্দ পোকৃপনি ॥ ( বৃহতি ছন্দ )

অর্থ— গ্রহ—৯। গ্রহ—৯। যুথক—৮। কোক—১। য়েং-লোমদগী লোথংলগা ১৮৯৯ তারে। থৱাই—৫। মিং—২। ২৫।

ব্যাখ্যা— খৃষ্টাব্দ ১৮৯৯ মার্চ্চ থাগী ২৫নি চনবা থাংজা নুমিংকী নোংঙাল্লবদাই মঙ্গলারত্তীগী মতমদা, মৈতৈ সাহিত্যদা ইচং থোবা মৈতৈরোনগী লায়রিক লেংবদা মকোক ওইবা ৺ডাকুর কমল মপুনশিতেনবা, কাঞ্চিপুর কোন্নুংগা তাইনবা লংথবান কুজদা পোকই। ( ঐতোন্দা জন্মকোষ্ঠি হথিবগী নোট লে )

উদাহরণ ৫শুব - প্রধানমন্ত্রী নেহেরুজী নোঙ্গাবা

| | |
|---|---|
| ভারত-আকাশগী, | শরৎ থাবুংনে, |
| অইংবা থাবম্না, | পৃথ্বী শীন্নুংখ্রে। |
| শান্তিগী বীজ, | মালেম্ থুংন হুন্নগা; |
| ভারত-চন্দ্র মন্ত্রী | নেহেরুজীনা। |
| বেদর্ত্তু, গ্রহ, চন্দ্র | মশীং খুষ্ট ব্দ; |
| মুনি নেত্র, চনবা | থাজবু মে কৌবা |
| কোরৌ কুমিত্না | যুমশকৈশ ওইবা। |
| রাংলেন পুংজা | য়ুংবা মতুং অনিতাবা |
| খংহৌদনা লুপথখরে, | সমুদ্র য়াইদা |
| মমথরে ভারত | রানথরে পৃথ্বীপুম্বা॥ |

মথক্কী পরেং ৮ জগতী ছন্দ, মথাগী পরেং ২ শক্করী ছন্দ।

অর্থ— বেদর্ত্তু— বদ+ঋতু; সন্ধি ওইশিনবা। বেদ— ৪। ঋতু— ৬। গ্রহ—৯। চন্দ্র— ১। মুনি—৭। নেত্র—২।

ব্যাখ্যা— শরৎ থাগী শেংখ্রবা আকাশদা থোকপা, পুর্ণিমাগী অইংবা থাবম্না, পৃথিবীপুম্বা চংহন্না থম্বগুম্না, মহাক্কী পঞ্চশীল নীতিনা, পৃথিবীগী রাজ্য পুম্নমক শান্তি ওইনা লেনবা শন্নোক্লগা, ইং ১৯৬৪গী মে তাং ২৭দা, যুমশকৈশ কুমিৎকী কুমিংয়ুংবা মতুং পুং ২ তাবা মতমদা, থানা সমুদ্র গর্ভদা তাথিবগুম, হৌখং খংহৌদনা ভারত-মন্ত্রী নেহেরুজী নোঙ্গাখরে, ভারত মমথহৌরে। পৃথিবীগী লৈপাক পুম্নমক পুকচেল চপ্‌শারনা রাবা কোংনখি।

উদাহরণ ওস্তবা— **নেহেরুজী স্বর্গ চৎবা**

শকাব্দ কোবা মণীঙ দা, ঋতু য়ুথক অনি কোক্তা,
কালেম্নৌন্দুং নোংমা কোনবা, কোরৌ সুমিৎ বেদশুবা,
ভারতকী ভাগ্য শেম্বা প্রধান মন্ত্রী থুপঞ্জবা ;
য়াইথীরবা সুমিত্রে ধম্মোক্ট লেংবা তাশোমে,
সুমিৎসিদা অমুক্তা ভারতবাসী অপুম্বা !
ধ্যানগী মিত্রা য়েংখতলুনা স্বর্গগী থোং হাঙ্‌না নৈবা !
থোং নাকন অনিমক্তা পরেং পারেং লেপ্পরিবা,
পারিজাৎ পরেং মথুস্তা পায়রজুনা স্থরবালা,
শিংনা ; কনাবু ঙায়রিবা ? দেবদুতশিংনা হরাউনা ;
কোইচেন চেন্নরেসে, দেব সভা তিম্নরেনে ।
য়েংউসে ! য়েংউসে ! কনা ? নৈগী দোলাই তাংদুনা,
দেবদুত মরিথক্ক চামর খোংগক্তরিবা !
মাল্লে ! মাল্লে ! নেহেরুজী, য়েংউ য়াম্বৎখ্রে ! দোলাই ;
স্বর্গগী স্নাথোং মনাক্তা ; দুন্দুভি খোংলে স্বর্গদা,
দেব কন্যাশিংনা জক্লে, মন্ত্রীজীদা শীল্লেম্নরেং,
গন্ধর্ব্ব গন্ধর্ব্বীশিংসে, হরাউ মথোই কারেনে ।
পুং য়ৈরে জগোই শারে, ইশৈ শক্লে নৈলে চাইথরে ।
পলেন্তারতী দেবীনা, হরাউ তুজুংনা য়াংনা ।
পাম্নী চেত্না কোনাশিনখি খজাই লোংলোই চুপ্‌খি ।
পণ্ডিতজীবু গুক্তুনা পুশিনখি দেব সভানা ।

অনুষ্টুপ ছন্দ

**অর্থ**— ঋতু—৬ । য়ুথক ২=৮৮ । কোক—১ । বেদ—৪ ।

সুমিং বেদ শুবা হায়রগা, নোংমাইজিংদগী ৪শুবা— য়ুমশকৈশা সুমিংনি। ভাগ্যশেম্বা চাউখংনবা হোংনবীবা, য়াইকনবা লারুবীবা। য়াইথীরবা সুমিংনে, থম্মোই লেংবা তাশোয়ে—মচীম্ফোরবা তানা থম্মোই মসুংদা থুম্না লেংলগা চৈনাখোম্না খাংবা য়াবগা মায়রবা সুমিংনি। ধ্যানগী মিংনা—অকুপ্পা মসুংগী ভাবনা য়াখল খন্দুনা য়েংলগা।. সুরবালাশিংনা—লাইগী নিংত্তোনশিংনা। দেব-দুতশিং— লাইগী দুতশিং, লাই অচৌবশিংগী পাখোন চংপা অমসুং থবক ইথাং নোম্বীবা লাই জাং অমা। দুন্দুভি—মোইবুং-শুম্বা চিম্না খোংদুনা সুংত্তাইবা কোংবা যন্ত্র জাং অমা। দেব কন্যা— সুরবালাগা অর্থ মান্নে। গন্ধর্ব— লাইগী পুং ইশৈ তৌবা কাংলুপ অমা। গন্ধর্বী— লাইগী জগোই শাবী, ইশৈ শকপীগী কাংলুপ। ভারতী—ভারত মাতা, সরস্বতী।

ব্যাখ্যা— মশীং ১৮৮৬ শুবা শকাব্দগী কালেম্বাগী পূর্ণিমা মতুং নোংমা কোনবা য়ুমশকৈশা সুমিং অসিদা, ভারতপু শেমগৎ শাগৎ-নবা হোংনবীরম্বা পণ্ডিত নেহেরুজী স্বর্গ কাখয়ে। তমথীরবা সুমিং অসিনা, মচিম্মোপ্রবা তাগী মশক ওইদুনা, ভারতবাসি পুম্নমক্কী থম্মোই লকাসুংদা থুম্না লেংশিন্দুনা থম্বীবগা মান্নখি। অসুম ওইবা তমথীরবা সুমিং অসিদা ভারতবাসি ইচিন ইনাউ পুম্নমক। ধ্যান তৌদুনা স্বর্গয়োমদা অমুক য়েংথৎপীয়ু! স্বর্গগী থোং হাংদুনা লৈবা উবীররিনি। থোংগী নাকন অনিদা, লাই নিংত্তোনশিংনা পরেং শানা, লৈ পারিজাং পরেং পরেং পায়দুনা লেপ্লদুনা, কনাগুম্বা অমবু ত্তাইরিমাম্নে। মপুনা শিম্বাবীবগী, লাইদুতশিংনা কোইচেন

চেন্থুনা নোম্নরি। অমরাপুরী কোম্নুংদা ওসি লাই সভা তিম্নরি, লৈপী দোলাই মথক্তা তোংবা, নেহেরুজীদা, লাইহুত ৪৭। চামর কাং-হাই হুমহুনা খৌগল তৌনরিবা উবীত্রিবরা? দোলাই লোইরোই-লোইরোইননা শূন্দা পাইথংখিহুনা স্বর্গগী ম্নাখোং মনাক্তা থাখরে। দোলাই হেক থাবমক্তা স্বর্গদা দুন্দুভি খোংখি, লাইনুজাশিংনা, নেহেরুজীগী মঙক্তা পারিজাৎ পরেং হুকখি। গন্ধর্ব্ব গন্ধর্ব্বীশিংনা হয়াউ মথোই কাখিহুনা পুং য়ৈনরে. ইশৈ শক্লে অমম্নুং জগোই শাম্নরে। পলেম ভারতী দেবী য়াম্না খোৱাংনা মপাম্নীবু ভাইহুনা লৈরমই। মপাম্নী থুংবমক্তা চেনশিন্দুনা মপাম্নী কোন্দুনা মমাই লোংহন্নগা চুম্নীখি। অতগী মতুংদা দেবগণ খোৱক্তুনা সম্মান উৎলগা নেহেরুজীবু দেব সভাদা পুশিন্নগা পোত্থাহনখি। অহুগা স্বর্গগী খোংম্নু থিংজিনখি।

---

# বৈষ্ণব ধর্ম্মগী শৈরেং

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরী লৈনবা শৈরেং লেংগে হায়রবদি, মখাদা ইরিবা মৈতৈরোনগী শব্দ ( য়াহৈ ) শিংগী মহুত্তা সংস্কৃত শব্দ শিজিন্নগদবনি। মৈতৈ অশেংবা শব্দ শিজিন্নদে। মহুদি খোং, খুয়া—চরণ, পাদ। খুৎ—হস্ত, কর। মিৎ—নেত্র, নয়ন। চীন—মুখ। মাইখোং—বদন, মুখমণ্ডল। মখাথংবা চীয়ান—অধর। শম—কেশ, চুল। না—কর্ণ নাতোল—নাসা। খৌরি—কণ্ঠ। য়া—বাক্য, বানী। উবা, য়েংবা—দর্শন তৌবা।

খোঙন তৌবা—সেবা তৌবা। তাবা—শ্রবণ তৌবা। শরুণ্ণা, শোনবা—কীর্ত্তন তৌবা। তপথবা, নেমথবা—শান্ত, কান্ত। থম্বাল—কমল, পদ্ম, পঙ্কজ। ইরাৎপা—পূজা তৌবা। হায়জবা—প্রার্থনা তৌবা, নিবেদন তৌবা। লৈশী লৈথোনবা—স্তুতি তৌবা। নোঙবা—নতি তৌবা। খুরুমজবা—ভক্তি কচ্চবা অসিন-চিংবা। অতুগা ঈশ্বর অমসুং ঈশ্বরগী হকচাং কায়াৎ অমগী মমাংদা শ্রী হাপ্পে। মতাদ শ্রীচরণ, শ্রীনয়ন, শ্রীমুখ অসিনচিংবা। বাক্য শব্দগা অমৃত শব্দগা সান্ধ তৌহনা—বাক্যামৃত হায়না শিজিন্নবনা হেম্না কজে। ইবুংঙো হায়রগা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং গৌরচন্দ্রবু খংনৈ। রাসেশ্বরী, ব্রজেশ্বরী, ইবেম্মা অমসুং শ্রীমতি হায়রগা রাধিকাবু খংনৈ।

উদাহরণ ১বা - "শ্রীকৃষ্ণগী কোলোই—চীনপাউ খোইথুম্নবা অদু তাবদা রাধিকাগী খোইদৌ লংখংলম্বা পুবা নেমথখি" অসুম ইরোল্দবান। শ্রীকৃষ্ণগী বাক্যামৃত শ্রবণ তৌরুবদা শ্রীমতিগী মন্ শান্ত ওইবীখি। অসুম হায়না ইগদবনি বৈষ্ণবগী শৈরেং রারেংদা।

উদাহরণ ২শুবা—লেখক্কা লেংবা

কদম্পাম্বীগী মখোংদা, ত্রিভঙ্গ শানা লেপ্লনা,
অধরদা মুরলী থম্লগা :
ব্রজকিশোর ইবুংঙোগী, রাধা, রাধা, রাধা কৌবা ;
মুরলী খোজেন্দু তাবদা

পঙ্কপ্রাণ ইবেম্মগী, মাংখানা চেল্লিনখি,
কৃষ্ণ লৈবা মাইকৈ অদোমদা
প্রাণ য়াউদবা দেহেনা, পাগলিনী শারে রাধা,
সখীগা লেংখি শ্রীকৃষ্ণ মনাক্তা।
( দীর্ঘ ত্রিপদী ছন্দ )

ব্যাখ্যা— কদম্ পাম্বীগী মখোংদা শ্রীকৃষ্ণনা মখেক ও থোক্না থেন্না লেপ্লুনা শ্রীমুখ অধরদা মুরলী থম্লগা রাধা, রাধা, রাধা কৌবা মখোম্না মুরলী খোংবীরে। রাধা হায়না খোংবা মুরলী খোঞেন্ অতুনা শ্রীমতিগী থর্মাই ও হরানবীথরে। মথর্মাই য়াউদবা দেহে অতুনা ইবেম্মা অঙাওব শানা মকম মরাং থংদনা, ললিতা বিশাখা সখীগা লোইনতুনা ইবুংঙোগী মনাক তান্না লেংখি।

বৈষ্ণবশিংদা লৌক্কিক চৎনরিবা মথক্কী শৈরেং রারেংগী রাকম অসি হৈকাস্তনা লেংতুনা কোংবা কল্লে। কোংগে হায়রবসু, মৈতৈ-য়োম্না ইশৈ লেংবা হৈবা অমসুং মশানসু ইশৈ তৌবা উঝা অমদা অহানথদা ময়েংহল্লগা, কোংবা য়ারে থংলগা কোংগদবনি। মরু ওইবা রাদি- ধর্ম্মগী কাংলুপ অমনা ওইরবসু, অতোপ্পা জাতি অমনা ওইরবসু মপুক্তা য়ানিংদবা অমসুং মথর্মাই শোকদবা, রারেং শৈরেং অমত্তা কোংবা য়াদে।

———

# কাব্য রস

পদ্য, কবিতা রাহৈ অনি অসিগী অর্থ অমতনি হায়না মথক্তা হায়গ্রে, পোৎ খুদিংগী মহাউ ( রস ) লৈবগুম্না কবিতাগীসু রস ( মহাউ ) লৈ। মহাউ লৈব কবিতা ময়াম্না মপুং ফারবা লাইরিক অমবু কাব্য লাইরিক কৌই। কাব্য রস মথম ৯ শুই। মহুদি—

১। শৃঙ্গার ২। বীর ৩। করুণ ৪। অদ্ভুত ৫। হাস্য ৬। ভয়ানক ৭। বীভৎস ৮। রৌদ্র ৯। শান্তরস।

১। শৃঙ্গার রস— শাঙৌ শানৌগী মচুংদা লৈবা ভাব অদু শৃঙ্গার রস কৌই।

২। বীর রস— থৌনাফবা, মরীনৃ লৈনা ঙাংবা অদুবু বীর রস কৌই।

৩। করুণ রস— অরা-অুংশি নংনরোলবু করুণ রস কৌই।

৪। অদ্ভুত রস— উদবা পোৎ উবা ফংবা, তাদবা রা তাবা ফংবা, পুক্নীং ঙকপা অমসুং মাংদা থোক্তবা হিরম অদুবু অদ্ভুত রস কৌই।

৫। হাস্য রস— নোক্নীংবা পোক্নরোনবু হাস্য রস কৌই।

৬। ভয়ানক রস— অকীবা পোকহনবা মরোনবু ভয়ানক রস কৌই।

৭। বীভৎস রস— হদোইবা তুকচবগী মরোলবু বীভৎস রস কৌই।

৮। রৌদ্র রস— শাওনীংবা, অশাউবা পোকপা লোনবু রৌদ্র রস কৌই।

৯। শান্ত রস— মুংশিবা অমসুং ভক্তি ঊংপা ভাবপু শান্ত রস কৌই।

রস ৯গী মনুংদা করুণ রসগী মতিক মওম্না ইহেন হেন্না চাউই। মকম অমসুং মতম খিবিক্তা করুণ রস ইথেং মথেংনৈ। অশি অনা নংবা মুম, মং, শোরাধ শোনকম্, লুহোংকম, কৈথেন বাজার, ভাক্তরগী অনাশং অমসুং সরক্তা করুণ রসগী ইচেল চেন্দু-নম্না মরৈ। রস পুন্নমক করুণ রসদগী থোরকই। করুণ রসদা অমুক হঞ্জিনখিবনি। তাইবং মী করুণ রসগা শাকোন্নরা পোক-পনি। মপুঙ্গিচুম্না করুণ রসগা শাকোন্নরা লৈবনি। মরম অসিনা কবিশিংনা (কবিশিংনা) করুণ রসগী মরম নৈনম্ভুনা লাইরিক চাউনা লেংই।

৺মৈতৈ কবি চাউবনা লেংবা, শৈরেং ১ করুণ রসগী

### মীওইবা

নোংদম্বা বিথিনা কপনবা শিন্দুনা

তাইবং মী থারক্লে।

পুস্পিগী ইপাক্তা, 'ঙ্গাবগী ঈরৈদা

ঐখোইনা ইন্নারুরে।

অপামগী-লাংদা ভক্তনা থুবদা

খোক্লকমস্তু থংদরে।

রাবনা চাক্ন্না, কপ্ন্না শিথনা
চিংথৎনী মহৈ ওইরে।

(লঘু ত্রিপদী ছন্দ)

\+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+
\+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+

নব রসগী উদাহরণ

১। শৃঙ্গার রস— লেখক্না লেংবা

## চিঠি

অপাম মুংশি থুংনশি হায়রুনা, থাং রাদা চীক্না রাশরবা।
কাওবীরবা মুংশিবা তামো, নিংশিংবীরু মুংশিথোই তামো।
মশেম লুহোংখিদোরে ঐবো, তাবীত্রিবরা থম্মোয়গী তামো।
হোরেল সিনেমা হোন্দা উনশি, জীপ রাউবীরকউ। ইতি

(পঙ্ক্তি-ছন্দ)

২। বীর-রস— "মালতী-মাধব" উপন্যাসদগী

করিগীদমক্নো য়ামথোশা, করিনোনে ইচিন ইনাওশা।
তুমিন তুমিন লৈনরিবা, পঙ্জিরমদাই অসিদা!
সিপাই লোচা চারিবা, লোয়রু থুম্পোং কংলিবা।
লোইন নিপা ইরিবা, অকাবদা য়াঙ্গোই নেত্তলিবা!
অকুবদা দোলাই তোংলিবা, করিগীদমকনো থরুদা!
হয়েন মকম সিগুবদা, য়াইবী কংপগী নত্তবরা?
করিগী শিবা পাম্মুবা? ক্ষেত্রি মচা ঐখোয়না,

ধর্ম্ম তিম্নদনা অরাগী মথা পোম্লগা লৈবাকসি।
নংগী ঐগী ইমাংদা নংগী ঐগী তাদোইদা,
ইচল ইমোম থিবিক্তা শাগী লমচৎ চৎপা
মথা পোনবা ঐখোয়না থিংবা ওয়োই কৈদোউদা
কগজা হিংছনা থম্নুনা করিগী শিবা পাম্মুবা?
মনাং তম্না লৈরবী খোয়ুম লাইনা শেম্বদগী
মৈতৈ সনা লৈকোয়সি করম মীথা পোলহনসি।
নংগী ঐগী হাক্তক্তা মিংচৎ অথিবা থমশিন্না?
হয়েল লানবু থেংনরুশি অরা লুরেল শোইরুশি
শ্রীযুৎকী চরণ থাদা চরৈ কিগাও শানা।
লানতম বোর নীরুসি হয়েন লান্দা চংতুসি।

শৈরেং অসিদি ময়েক মশীংনা হৈবা শৈরেং নত্তে। রাহৈ মশীং ওনা শাবা পদনা লেংবা পত্তনি। পদ ৩৬, পন্ত ৯ "বিষম বৃত্ত" মধ্য-ছন্দনি।

## ৩। করুণ-রস

করুণ রসগী অহানবা উদাহরণ— **ইংরেজী**

মচা শিবগী তাওরবী মমাদা মী অমনা থেমজিনবা—

"Patience good Lady! Comfort gentle Constance".

মমান্না খুম্না—

"No, I defy all counsel, all redress,
But that which ends all counsel, true redress,

Death, death ! O amiable, lovely death
Thou odoriferous stench, sound rottenness !
Arise forth from the couch of Lasting night."

"Shakespeare"

করুণ-রসগী অনিশুবা উদাহরণ — মণিপুরী 'মালতি মাধব'

পান্নী নংবু ইপন্না অন্না শেনবী পুংদা
লৈরি হায়না নিঙাইদবু
লাইরিক নরোন সিদবু
পান্নী নোংমনগ্নবোই নিংলেদো,
পান্নী নংবু।
চীঙঙ্ লাইপক খিবা নংগী পল্পৌ সিকা
লাংগন খিবী ইচলগা নচেম হুরা সিমগা
অন্না মৈশাগুংদা হুজিনবিগ্নবোইরেকো
পান্নী নংনা।
নপল ঐগী থম্মোয়দা নোংগী মুমিত্তা
নংগী অন্না মৈচাককা মখোয় অসিগী অন্নাবগা
পুহনা করম লৈযু হায়বগেনে
ইপলবু কল্লকইদা।
( মৈতৈ ছন্দনি )

করুণ-রসগী অহমগুবা উদাহরণ—বাঙ্গালা "নিমাই সন্ন্যাস"

আজি শচী মাতা কেন চমকিলে ?
ঘুমাতে ঘুমাতে উঠিয়া বসিলে ?

লুণ্ঠিত-অঞ্চলে "নিমু" নিমু ব'লে
দ্বার খুলি মাতা কেন বাহিরিলে ?
বউ মা, বউ মা ঘুমায়ো না আর,
উঠ অভাগিনী, দেখ একবার
প্রাণের নিমাই বুঝি ঘরে নাই,
বুঝি বা পলাল করি অন্ধকার।
তাই বটে হায় বধূ একাকিনী
রয়েছে নিদ্রিতা সরলা কামিনী
শূন্য পাড়ি ঘর "কোথা প্রাণেশ্বর",
গেছে গেছে করে উঠে বিনোদিনী।

গায়ত্রী ছন্দ

+ + + + + + + + + + + + + + +
+ + + + + + + + + + + + + + + শিবনাথ শাস্ত্রী

করুণ-রসগী মরিশুবা উদাহরণ— আসামী "ভিক্ষা"
শ্রীকমলাকান্ত ভট্টাচার্য্য

বহুদিন দগ্ধ মোর দুখেরে অন্তর,
দেখিছে অসম হায় দুরবস্থা তোর।
নোররিলোঁ নিবারিব এই দুঃখী মন,
ভাবিলোঁ সন্ন্যাসী ভাবে করোহোঁ ভ্রমন,
দুখিনী জননী মোর ঘরত এরিলোঁ,
জনম ভূমির দুখে আত্মা বিসর্জ্জিলোঁ,

দেশী ভাতৃগণ আজি হবানে সদয়,
করিবানে মোর শুভ যত্ন ফলোদয় ?
কি যত্ন ? যত্ন মোর—অসম একতা,
দিয়া এই ভিক্ষা মোক হোঁরাসবে গর্থা।

"পয়ার ছন্দ"

+++++++++++++++++
+++ ++++ ++++ ++++++

অর্থ - বহুদিন—মতম য়াম্মা কুইনা। দগ্ধ—চাক্লে ; চাক-থেক্লে। মোর—ঐগী। দুখেরে—অৱা-মৈশানা। অন্তর—পুক্লিং, থম্ং। দেখিছে—উরহুনা। অসম—আসাম লৈপাকী। হায়—ওয়োকপনি। দুরবস্থা—কিভম কত্তবা। তোর—নংগী। নোর-রিলোঁ—ভমজ্রে। নিবারিব—কোকহনবা। এই—মসি, মসিগী। দুঃখী মন—পুক্নীং ৱাই। ভাবিলোঁ—খল্লে। সন্ন্যাসী—লখোইবা। ভারে—মতৌ তৌনা। করোহোঁ—তৌগে। ভ্রমন—কোইবা। দুখিনী—লাইরবী, অৱা অনা নংলবী। জননী—ইমা। মোর—ঐগী। ঘরত—ইয়ুমদা। এরিলো—থাদোক্লে, হুন্দোক্লে। জনম—পোকপা। ভূমির—লৈপাকী। দুখে—অৱাবদা। আত্মা—থৱাই। বিসর্জ্জিলোঁ—থাদোক্লে দেশী—ইরৈপাকী। ভাতৃগণ—ইচিন ইনাওশিং। আজি—ঙসি। হবানে—ওইগদ্রা। সদয়—শুংশি-হৈবা, থৌজানবীবা। করিবানে—তৌবীগদ্রা। মোর—ঐগী। শুভ—অফবা। যত্ন—হোৎনবা। ফলোদয়—মহৈ য়ানবা। কি—করি। যত্ন—হোৎনবদু। অসম—আসাম লৈপাক। একতা—অমত্তা ওইব, পুকচেনতিন্নবা। দিয়া—পিয়ু। এই—মসি। ভিক্ষা—

নীজবা। মোক ঐবু, ঐঙোন্দা। হোরা—ওইবীয়। সবে—খ্বাই পুন্নমক গঁখা—অমত্তা ওইনা পুনশিনবা।

ব্যাখ্যা—হে আসাম! নংগী কত্তবা ফিভমসি উরদুনা ঐগী খমুং চাক্তুনা লৈবা মতম য়ায়া কুইরক্রে। নংগী অরাবা কোকহনবা ঙমজবগী ঐগী পুক্নীং ময়া রাক্লেদা! লথোইরদুনা লৈপাক্ক কোইরু-সিরা? লাইরবী ইমাবু য়ুমদা লংশেক্তুনা পোক্নকম লৈপাক্কী অরাবা উবা ঙমত্রদুনা খরাই থাদোকখ্রসিরা অসুম মওল মওল খল্লেনে, হে ইবৈপাক্কী ইচিন ইনাওশা! ঙসি নখোয়না ঐবু খোঙ্গানবিগদরও? ঐনা কননবা হোৎনবসিগী মহৈ য়ালহন-বীগদরও? হোৎনরিবদু করিনো? ঐনা হো'ৎনবসিদি আসাম লৈ-পাক্কী মীয়াম নখোয় পুকচেন অমত্তা ওইনা তিন্নরা লিচিং মান্নবা ওইবিরো—ঐনা নীংজবদি, অসিত্তনি।

করুণ রসগী মন্তাশুবা উদাহরণ— সংস্কৃত

"ভট্টিকাব্য"—তৃতীয় সর্গগী ১১শুবা শ্লোক

গতো বনং শ্ব ভাবতেতি রামঃ শোকেন দেহে জনতাতি মাত্রম,
ধীরাস্তু তত্রচ্যুত মন্যব হন্যে দধুঃ কুমারানুগমে মনাংসি,

"ত্রিষ্টুপ-ছন্দ"

অন্বয়ঃ— রামঃ শ্বঃ বনং গতঃ ভবিতা ইতি শোকেন জনতা অতিমাত্রং দেহে তত্র অন্যে ধীরাঃ চ্যুতমন্যবঃ ( সন্তঃ ) কুমারানুগমে মনাংসি দধুঃ।

অনুবাদ— হয়েং রামচন্দ্র বন্দা লেংবা তারে; রাসি তাবদগী প্রজা ময়াম লুংঙাইতবগী মৈচাক্লা খম্মোয়লুং চাকখরে ( কানখি );

মখোয়গী মরক্তগী পুকচেন তপ্পা প্রজা খরামনা অরাবা রাখল থাদোক্তনা রামচন্দ্রগী মতুং ইনগে হায়না মবুক্তা চপ লেপ্লখি।

## ৪। অদ্ভুত রস

উদাহরণ—লেখক্কী "মালতী মাধব" উপন্যাসদগী

ঙসি কৌবা নোংলেন নোংজ্রাদা—
কৈনৌ কৌবা, খুঙ্গং লৈপাকসি, মায় য়াইকরৈ,
মণিপুর সনা লৈকোয়গী, অঙম্বা মরিবু পুম্বা তিম্নরৈ;
মাক্লোলেনগী সঙ্গাই মালোম্বা, করাংজী কিবুম 'থক্তা:
অঙম্বা মরিবু ঙাম্নরৈ।
চোয়নৌ সনায়োম্বা খুদোংবু লাম-লামনা কাম্নরৈ।
চীঙ্গোই সনা থম্বাল মরিবু ফুগাইনা শাংখিম্নরৈ।
লৈপাকশেম্বা কোলোই পাণ্টমেল তুংশিন্নাবু তাম্নরৈ।
লাইরমলেম্বা লাইয়াম সত্তা তিম্নববু মাম্নরৈ।
খুম্নাকপনা ব্রহ্মানি, মাক্লোলেম্না বিষ্ণুনি
জটাপুবা হঞ্জবনা মহাদেবনি, তরেৎঙম্বা মেঙ্গরনা যমরাজনি,
'মুম হায়না প্রজা ময়াম্নবু পাদম্নৈএ।
"মণিপুরী ছন্দ"

## ৫। হাস্য রস

উদাহরণ অহানবা— লেখক্তা লেংবা

নৌরিঙৈ মণিপুরবু, ব্রিটিসনা লৌবা
শঙ্গোম য়োনবী হন্নুবী, অমনা নোংমা,
পণ্টরংদা শঙ্গোম য়োম্লগা, থোরকপদা;

কিজেং 'মনবনা যঙোম, চকুহু য়োশকুনা।
খোং শংকুনা লৈরম্ব', সিপাই শন্ত্রিকুনা ;
"কৌন্ হৈ" ? হায়না লাউখি খোনকল্লগা :
হনুবী পাখংখিকুনা, খুমখিএ, 'বাবু' !
"কোন হবান্দে ঐনা, য়েংউসে ! শঙোম চকু",

শদ ৮, পদ্ম ২। শর্করী ছন্দ

হাস্য-রসগী অনিশুবা উদাহরণ— লেখক্‌গা লেংবা

নিংথম্ খা অমদা, মীমগী ময়ুমদা।
মাগী দীক্ষাগুরু লাকখি।
মমৌবু কৌহুনা, হায়খি নিপাহুনা
পুখোরকউ থুনা ঈশিং।
কদীসু খুদেংস্ত, কানসু পুখোক্লো,
গুরুগী চরণ শেংসি ;
অপংবী মমৌনা করিবু চরণ
কোই ? খংদবগী য়েংখি।
গুরুগী মখোংবু. মামা কায়রম্ব'.
উবহুনা পুক্ত' নিংখি ;
মখোং কাইববো চরণ কোইদো
মীনা হাম্বীবা হৌনবী।
নিংথম্ খা অমদা লোখাও মত্তমদা
উরে মমৌ খোংকাইবা,

ময়োম্পী মখোংসে চরণ ওল্লেনে
খন্দুনা, চেনখি ময়ুমদা।
অমাং হেক য়োবগা, কোখোকখি ময়ৌনা
খোরকউ ইশাল হায়না,
ইখোংবু চরণ ওল্লেনে ইমাল !
হৌনবী তৌখোকবীরোনা।

"লঘু ত্রিপদি ছন্দ"

## ৬। ভয়ানক-রস

উদাহরণ— লেখক্‌গী লেংবা

হাইমা ! কিজেদা ! মাংদা লেপ্তূনা লৈরিবা অসি
উত্রিবরা ? ইত্তুং ইল্লিবাশা ?
সোয়ারেন খেত্না য়াংবা মুশিনমুবাময়া কাবা
মমিৎ লাউবা মরৈ তিংখোকপা।
লৌরৈ চৈরোং মানবা খুজেং পোমানবা মথুৎ তিংখোক্লে ;
কাগেবু তৌবিবরা খোইবু ?
কবিনো মসিবু ভূৎরা হিংচা তম্নবা লাইরা ?
কিরেদা ! নরসিং মন্ত্র শোল্লো।

"দীর্ঘত্রিপদী ছন্দ"

## ৭। বীভৎস-রস

উদাহরণ—লেখক্‌গী লেংবা

যদ অসিবরা অমা সাবন মথক্তা
পুমচুনা পস্তুনা লৈবা ভাই মং উরবরা ?

মতোংদা হল্লা হল্ হল্ লেং লেং চৎলিনে ;
লংজানা মপুক মরীন, চৌংখোক্লা চারিনে
কাক চংলগা খিগত্তুনা, কাকপু তান্নিনে
য়াম্নবু নমথীপ্রেদা, তুক্কৈজে য়েংনিংদে।

ময়েক ১৪না লেংবা, ময়েক ৮ শুথদা যতি লৈ "পয়ার ছন্দ" নি

## ৮। রৌদ্র-রস

উদাহরণ— "মালতী মাধব" দগী

সুখোম ককতোমদা য়ানবা—
তাখুমদগী তাপাক শৎ
থাংখুমদগী থাংশাং শৎ

মথুৎ নামা নামাদা পায়, মিৎ হ কোরি কা উক্ল উক্ল লৈ,
প্রলয়গী মতমদা মহাদেবনা তোবগুম্ ;
চৌঙোই হুং হুং ভং, মেঞ্জর সাহাব, শুমাংদা চোংথোক্ ;
কদস্থু তো, খোবুশা, থাংবু হাই, "অচা-চা লাকচৈদা
কৈ মচাবু য়োক্লগা, চাওরগা মপু হাৎপগুম তোবা লন্নাইমচা।
নং কদাইদনো ? হৌজিক চেন্দুনা হিংগদোবা !
নোংথক্তা কা নখোং পায়হুনা চিংথরনি ;
লৈহুংদা চং, নশম লাক্তুনা চৌংখৎকনি ;
ঈশিংহুংদা লোৎ, ইন্থাখোন্দুনা কাদোকনি ;
খোয়মা নারোলহুংদা লোৎ, থাম্বী মৈ থাহুনা হাত্তোকনি
উঃ। কোনশেংকুম লংনালৈবা, ইয়েংবা শাগৈসিদা,

ইহাকথক্তা চণ্ডানছুপী অমা পোক্তুনা,
কোলহীং-মাইথীন্না মকহনগদোইদা !"

শৈরেং রারেং ময়াম— "মৈতৈ ছন্দনি"

## ১। শান্ত-রস

উদাহরণ অহানবা— "মালতী মাধব" দগী

পলেম চনীঙ খোঙ্গী হরাউ লুতোল কানা,
সুংঙাই মথৈ লৈতনা, তমীঙঙাই লৈতবা—
মচাগী প্রেম্না, ঙাউরহুনা,
ইকাই-শেঙ্গোই লংখোক্তুনা, অনাবা কৈজুপ হায়দোক্লগা,
পারিনাক য়োৌরক্লে।
চেংলৌ মিৎলু অনি, নোংজুপ্পাগী লোক ওনখরে,
পারিবু কৈরা ত্তান্দা খোঙ, সমু থকৃথী লুমাং কোন
থজাই লোংলোই চুপ, চীঙ্গোই য়ারেন্দা খোম্নাং ইল

"মনিপুরী ছন্দ" নি।

শান্ত-রসগী উদাহরণ অনিশুবা— "মালতী মাধব" দগী

### জগৎকী শান্তি নিজবা

ঈশ্বরগী অচম্বা পূজাগী পোৎলম মঙানি;
ধূপ, থাওমৈ, হৈরুক, লৈ, ঈশিংনি;
মঙ্গলগী মহুত্তা খাইগী মহৎশু শিন্দুনা;
ইথরাই মঙাবু ভক্তিগী শেম্পাক্তা হাপ্লুনা;

কচ্চরি ননাই হেমচন্দ্রনা মপুগী খুয়াদা।
নীঙ্গরি জগৎকী শান্তি ঈশ্বরগী চরন্দা।
+ + + + + + + + + + + + + + + + + + + + + + +
+ + + + + + + + + + + + + + + + + + + + + + +
রাহৈ মশীং ৫ না পদ ১ শানা লেংবা পত্তনি "নব্য ছন্দ"

---

# কবি

অমস্যুং

## কবিগী কল্পনা শক্তি

কবিনা করিগুম্বা বিষয় অমদা ভাব-রাখল চংঙ্‌বদা, রাখল অতু অমুক খন্থ-খন্থরগা কবিগী মপুক্লীং রাখলগী সমক্রু-ঈমুংদা লুপথৈ, তাইবংপালগী জ্ঞান মুংপাল ওন্দুনা মহাক লাইনা লৌবা মীগুম্বই ! মমাংদা মী চৎপা উদে ; মশাদগী পোৎ লৌখিবা খংদে, কিন্তম অসি য়েৌরবা মতমদা, কল্পিত ( খনগ্নবা ) বিষয় অতুগী ভাব রাখন্দগী কাব্যরস কাওরক্লুনা কবিগী মপুক্লীং ভাহো-রকই ; মসিবু কবিত্ব-শক্তি চংবা কৌই। রাহায় অমতা "তন্ময়" ওইবা কৌই, থাক অসি য়েৌখৎপা ওমত্রিবৈ—লাইরিক লেংবা মী অমবু "কবি" হায়বা য়াদে ; মহাক "গ্রন্থকার" নি। রস মথল নাইবনা, বিষয় অমতগী কল্পিত রচনা ভাব কবি অমগা অমগা মায়দে ; মরমদি কবিত্ব-শক্তি চংবা মতমদা রস মথল মায়না কাওবীরক্তে।

শরৎ থাগী মতুংদা— বিশ্বামিত্র মুনিনা, রাম লক্ষ্মণ মচিন-মনাওবু, তপোবন তাম্না যজ্ঞ ঙাক্‌বা পুদুনা চৎলিদৈ—লম্বেলগী নাকল অনিগী, মরক মরক্তা পাৎ-কোম লৈরম্বশিংদা থম্বাল মরাম শাত্তুনা লৈবা, খোইমুশিং মুংশিবা খোঞ্জেম্না ঙংদুনা থম্বালগী লৈহী চুপ্তুনা লৈবা দৃশ্য অসি রাম লক্ষ্মণদা উহল্লগা কবিনা রাম লক্ষ্মণগী মপুক্কীং শুমহৎনবা হোৎনবা কল্পনাদা—ব্যভিচারি (কাহেন্দোকপা) অদ্ভুত-রস কবিদা কাওখদুনা "তন্ময়" ওইদুনা মশা মতোম্ব, শুমহৎখি। ঈশিং লৈবা মকম পুম্নমক্তা, থম্বালগী থম্বালঙাক্তা শাত্তুনা লৈবা, খোইমুগা খোইমুঙাক্তা ঙংদুনা লেহী চুপ্তুনা লৈবা ওইনা কবিগী মমিত্তা উখি। মরম অসিদগী ভট্টিকাব্যগী দ্বিতীয় সর্গ, ১৯শুবা শ্লোক্তা কবিনা চোইরোল ওইনা লেংখি। মথুদি :—

ন তজ্জলং যন্ন সুচারুপঙ্কজং, ন পঙ্কজং যদ্ যদলীন ষটপদম।
ন ষট্পদোঽসৌ ন জুগুঞ্জ যঃ কলং, ন গুঞ্জিতং তন্নজহার যন্মনঃ ॥

ময়েক ১২ না লেংবা "জগতী" ছন্দ।

অন্বয়। তৎজলং ন, যৎ সুচারু পঙ্কজং ন, যৎ অলি ন ষট্পদং, অসৌ ষট্পদঃ ন, যঃ কলং ন জুগুঞ্জ, তৎগুঞ্জিতং ন যৎ মনঃ ন জহার,

অনুবাদ : - (শরত থাগী কজ নিংথিজবগী রা অতৈ করি হায়নি) থম্বাল কজনা শাত্তুনা লৈতবা ঈশিং অদু ঈশিং নত্রে; খোইমু তোংত্রবা থম্বালশিং অদু থম্বাল নত্রে; মখোং ৬ পান্দবা অমম্বুং খোঞ্জেল মুংশিনবা খোঙমুশিং অদু খোইমু নত্রে; পুক্কিং হুদবা খোঞ্জেল অদু খোঞ্জেল নত্রে।

য়াহং :— মতম অহুদা থম্বাল হৌদবা ঈশিং লৈরম্মোইত্রা ?

পাউখুম :— থম্বাল শুকহৌ হৌদবা ঈশিংগী লম পুক্রী পাংদা লৈরমই। তুরেল্দা (ঈচেল নাইবদা) থম্বালদি শুকহৌ-হৌ য়াদবনি।

য়াহং :— মতু ওইরবদি থম্বাল শাত্তবা মফমশিং অহুগী ঈশিংবু ঈশিং নত্রবদি করি হায়রনি ? (ক) তুরেল্দা থম্বাল হৌদবা মরম করিগীনো ?

খুম্বা :— থম্বাল শাত্তবা লমগী ঈশিংদু ঈশিংনি। কবি অসিনা থম্বাল শাত্তবা মফমগী ঈশিং অহু ঈশিং নত্তে হায়রবা য়াফম অসিদি লৌরোই। মখুংগী ভাবদি লৌগনি, হায়রবদি কবি অসিনা কাল্পনিক শক্তি হেন্দোক্লা লৈবা উই, ভাবার্থ অমম্বং প্রমাণ য়াওবা পত্ত লেংবা হৈবা, শক্তি চংবা কবি অমনি হায়না লৌগনি।

মৈতৈরোল্দগী মী কনাগুম্বা অমনা— "লৈকাই অহু ইনাক খুনবগী লৈকাইনি" হায়রগদু লৈকাই অহুদা লাইরবা মী থরদু শোইদনা লৈরমগনি ; ইনাক খুনবা মীগী মশিংনা হেল্লি হায়বগী য়ানি। য়াহায়নদি লায়রবা অমম্বা লৈত্তবোই নীংহল্লে, প্রমাণ অমদা অমুক (১) চাক চাদবা জীববু মী কৌবা য়াত্রা ? (২) সোর হোল্দবা জীববু অহিংবনি, হায়বা য়াত্রা ? য়ারেং অনি অসিগী প্রমাণনা কংবা অর্থদি— (১) মীনা চাক চাই। (২) জীব শিরগা শোর হোল্দে,

(ক) থম্বাল তুরেল্দা হৌ য়াদবগী মরম অহুম লৈ।

(১) থম্বালগী মমিং অমদি সংস্কৃততা "পঙ্কজ" কৌই। "পঙ্কজ"

গী অর্থ, লৈথোমগী মচা। হায়বদি লৈথোম হোম্বা মকমদা থম্বাল হৌই, তুরেন্দদি লৈথোম হোমদে।

(২) ঈশিংগী চাং খংহেল হেঙস্তবা লমদা থম্বাল হৌই। থম্বাল চারা চারা হৌবা অমস্তুং শাংপা মতমদা, তুরেলগী ঈশিং চাংনাইনা লৈতে।

(৩) লেম্ফ্ তাবা য়াদবা লমদা থম্বাল হৌগল্লি, তুরেল ঈশিং চেন্দুনা লৈবা মরমনা, পাম্বীশিং হাই হুমস্তুনা নোমস্তুনা লৈ। অস্তুনা লেম্ফ্ মরা তাবা গুমদনা থুনা শিখি নত্রগা ইচেন্দা তাওখি।

## কবিগী কল্পনা ভাব

কবিগী কল্পনা শক্তিদগী, বিভাব, অনুভাব, সাত্ত্বিকভাব অমস্তুং ব্যভিচারী ভাব হায়বা ভাব মখল ৪ থোরকই, ভাব মরি অসিদগী শৃঙ্গারনচিংবা রস ৯ থোরকপনি হায়না পণ্ডিৎশিংনা হায়নৈ। কবিগী মশাদা রস ফাওরকপা মতমদা মহাক "তন্ময়" ওই। হায়বদি কনাগুম্বী নুপী অমগী মচা অমা শিখিস্তুনা, নুপী অস্তুনা কপলাউবা অমস্তুং তেংথারস্তুনা অরাবা ফোংবা মতৌ অস্তু কবি অমনা উরস্তুনা, করুণ-রসগী কবিতা অমা ফোংগে নিংলে; মতম অস্তুদা কবিস্তুগী থমুংদা, নুপী অস্তুনা ওইরম্বা অরাবগী ফিভম অস্তু চপ চানা ফাওরকখি; মচা কাইনবা নুপী অস্তুগা কবি অস্তুগা ভাব রস তিন্নরে, মসিবু "তন্ময়" ওইবা কৌই। তন্ময়গী অর্থদি—তৎ+ময়=তন্ময় "তৎ" অমস্তুং "ময়"

শব্দ অমিনা সন্ধি ওইরগা "তন্ময়" ওইখি, তৎ- অদু, অদুগীঃ ময়—মশক ওইব', মচা কাইনবী মুপী অদুগী মশক কবি অদুনা ওইখি। কবি মপী তানা তানা কবিতা লেংলে। কবিতা অদু পারুবা মীগীশু মপী তাগনি। শম্মা হায়রগা ঐনা কপ্পীং ২ রা হায়জরগা অতাবা মীশু কপ্পাংগনি, ঐনা নোক্না হায়রগা অতাবা মীশু নোক্নীংগনি, ঐনা নোক্না ২ রা হায়রগা মীবু কপ্প হায়বা য়াবা পোৎ নত্তে। শৈরেং লেংবদা রসগী ভাবদা * "তন্ময়" ওইবা শমুত্তুনা পদ্য লেংলবদি পদ্য অদুগী মমুংদশু শোইদনা রস য়াওগনি।

---

# ব্যাকরণগী মরোন খরা

## সন্ধি অমসুং সমাস

মৈতৈরোন্দা সন্ধিগা সমাসগা মরী য়াম্না নক্লে।

---

* তন্ময় ওইবা শুবা কবি অয়াম্বদি, লাইনা থাবা কবিনি, বাল্মীকি, ব্যাস, কালিদাস, জয়দেব, তুলসীদাস, অমসুং রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনচিংবা ভারতীয় কবি—পৃথিবীদা মমিং কাওথ্রিবশিং লাইনা থাবা কবিনি। লাইনা থাবা ওইরবসু ওইত্রবসু—মপুক্কীংদা, ইমুং মমুংগী লৈত-লাইরগী য়ুম পুবগী বাখল চংহন্দনা, সাধনা অমসুং অভ্যাস কনগা তন্ময় ওইবা, কবীত্ব শক্তিচংবা কবি অচৌবা অমা ওইবা ঙমই। মরম অসিদগী, মবুকচেল চাউবা ভারতীয় মিংথোশিংনা মমাংথৈদো, কনাগুম্বা মীশক অমগী মশাদা, কাবগী ভাব চংবা হায়কেৎ উরগা, মনা-মথুম অম-তু মাঙোন্দা পীরদুনা মপুক্কীং থোগৎপীরমই; লৈত-লাইরগী বাখল মবুক্তা চংহনমদে। মরম অসিনা মতম অদুগী ভারতকী সাহিত্যনা পৃথিবীদা খ্বাইগী মথকী বাংবা থাকী তাংবন্দা ঙাশ্থোইরমনি।

## সন্ধি

## Conjunction of Letters or words.

সংস্কৃত ভাষাগী স্বর সন্ধিদা গুণ অমসুং বৃদ্ধি লৈবগুম মৈতৈ-রোনগী স্বর সন্ধিদা গুণ অমসুং বৃদ্ধি লৈতে। সন্ধি মখলসু গুনা লৈতে। মৈতৈরোন্দা সন্ধি মখল ৩ গুই। মতৃদি— স্বর-সন্ধি, ব্যঞ্জন-স্বর সন্ধি অমসুং ব্যঞ্জন সন্ধি।
সন্ধিগী অর্থ—তাইশিনবা, পোংশক ২বু অমত্তা ওইহনবা, পুনশিনবা।

### "স্বর সন্ধি"

### Conjunction of Vowels.

সূত্র ১বা— অকার, আকার, ইকার, উকার, একার, ওকার অমসুং ঔকারগী মতুংদা "অ" লৈরবদি মতুংদা লৈব "অ" অদু মাংখি; অদুগা করিগুম্বদা মাংখংবা আকার অদু অকার ওল্লি। মতৃদি— ইমা+অহল=ইমাহল, তাদা+অহল=তাদহল, মাম+অহল=মামহল, অসি+অমা=অসিমা, ইপু+অতোন=ইপুতোন, কৈ+অমা=কৈমা, উনৌ+অসি=উনৌসি; মাংখিবা ময়েক অদুগী মফমদা ( ' ) খুদম অসি কনাগুম্বনা থৈ। মতৃদি— লুপা+অসি=লুপা'সি। খুদম থমদবসু য়াই।

(ক) অহল শব্দগী মাং থংবা শব্দ অদু ব, বানা লোয়্না ওইরবদি অহল শব্দগী অ মাংখি; অদুগা ব, বা, না ভ ওনগল্লি। মতৃদি— চাওবা+অহল=চাওভল, নৌবা+অহল=নৌভল, পিবা+অহলদি=পিভল ওইদে; নং ১ সূত্রগী মতুং ইন্না পিবা-হল ওই

সুত্র ২শুবা— অথৌবা শব্দনা অথোইবা, অহৈবা অমসুং অকনবা শব্দগী অর্থ পুরক্পনা, শব্দ অমগী তুং থংনা লৈরবদি. অকনবা শব্দগী মাং থংবা “অ” গা তুংথংবা “বা” গা মাংখি।
মথুদি – ইপু + অথৌবা = ইপুথৌ। হুই + অথৌব = হুইথৌ।

সুত্র ৩শুবা— ( সনা অমসুং লৈমা শৌবা মী ) অঙাং শব্দনা তুংথংনা আকারান্ত শব্দগা সন্ধি তৌবদা, অঙাং শব্দগী “অ” গা মাং থংবা আকারান্ত বর্ণগা মাংখি। মথুদি :– তাদা + অঙাং = তাঙাং, মামা + অঙাং = মাঙাং।

(ক) মাংথংবা শব্দ অদু ইকারান্ত ওইরবদি, অঙাং শব্দগী “অ” ও মাংখি। মাংথংবা “ই” মাংদে। মথুদি :— ইবাই + অঙাং = ইবাইঙাং।

সুত্র ৪শুবা— ইবুংঙো শব্দনা তুংথংনা আকারান্ত শব্দ অমগা সন্ধি তৌবদা মাংথংবা আকারান্ত বর্ণ অদু মাংখি। মথুদি :– তাদা + ইবুংঙো = তাইবুংঙো, মামা + ইবুংঙো = মাইবুংঙো, ওঝা ইবুংঙো অমসুং খুরা ইবুংঙো, সন্ধি য়াদে।

(ক) মাংথংবা বর্ণ অদু “ই” নত্রগা ইকারান্ত শব্দ ওইরবদি ইবুংঙো শব্দগী ই মাংখি। মথুদি :— ইবাই + ইবুংঙো = ইবাইবুংঙো. পারি + ইবুংঙো = পারিবুংঙো।

সুত্র ৫শুবা— স্ত্রী লিঙ্গ ইবেম্মা শব্দনা তুংথংনা শব্দ অমগা সন্ধি তৌবদা ইবেম্মা শব্দগী “ই” মাংখি। মথুদি :— ইচে + ইবেম্মা = ইচেবেম্মা, ইনে + ইবেম্মা = ইনেবেম্মা, স্না + ইবেম্মা = স্নাবেম্মা।

(ক) আকারান্ত ইনমা শব্দগা ইবেম্মা শব্দগা সন্ধি তৌরগা আকারান্ত বর্ণ অদুমু মাংখি। মতুদি :—ইনমা + ইবেম্মা = ইনবেম্মা।

## "ব্যঞ্জন স্বর য়ান্নবা সন্ধি"

( সংস্কৃত সন্ধিদা য়াওদে )

সূত্র ১বা— অমা শব্দগী মাংথংবা শব্দ অদু জুরা নাইবা শব্দ ওইরবদি অমা শব্দনা নামা শব্দ ওয়ি। মতুদি :— ষণ + অমা = ষণ নামা, থুং + অমা = থুংনামা, পাম্বোম + অমা = পাম্বোম, নামা, কেনাং + অমা = কেনাঙনামা।

সূত্র ২শুবা— পাবোং শব্দগী মতুং সংখ্যাবাচক শব্দগী অ লৈরবদি অ মাংখি, অদুগা পাবোং শব্দগী পা বর্ণসু মাংখি। মতুদি :— পাবোং + অমা = পোংমা , পাবোং + অনি = পোংনি, পাবোং + অহুম = পোংহুম।

(ক) পাবোং শব্দগী মতুং সংখ্যাবাচক অ নত্তবা বর্ণ লৈরবদি পাবোং শব্দগী পা ময়েক্তা মাংখি। মতুদি :— পাবোং + মরি = পোংমরি, পাবোং + মঙা = পোংমঙা।

সূত্র ৩শুবা— স্বর সন্ধিগী সূত্র ২ শুবগীদা হায়খিবা অর্থ পুবা অথৌবা শব্দগী মমাংদা হসন্ত বর্ণ না লোম্বা শব্দ অমগা সন্ধি তৌবদা অথৌবা শব্দগী মাংথংবা "অ" মাংখি, তুংথংবা 'বা" সু মাংখি মতুদি :— ইপল + অথৌবা = ইপম্থৌ ইবেল + অথৌবা = ইবেম্থৌ, অকল + অথৌবা, শব্দ অনি অসি সন্ধি য়াদে, য়াহৈ লাম্বানি।

সূত্র ৪সুবা— Large বৃহৎ প্রকাণ্ড অর্থ কোংবা "অচৌবা" শব্দনা বিশেষ্য ( Noun ) শব্দ ১গী তুং থংলগা "অচৌবা" শব্দনা জাউ ওনখি ; মতৃদি :— মী+অচৌবা=মীজাউ, উ+অচৌবা= উজাউ, চীং+অচৌবা=চীংজাও, পাৎ+অচৌবা=পাৎজাউ, তুরেল+অচৌবা সন্ধি তৌবা য়াদে।

সূত্র ৫শুবা— অচৌবা, অঙাংবা, অমুবা, অমাংবা, অতোংবা, অকুৎপা অসিনচিংবা "অ" না হৌবা আকারান্ত বিশেষণ বাচক শব্দনা তুংদা লৈতুনা বিশেষ্য শব্দ অমগা সন্ধি তৌবদা বিশেষণ শব্দগী মাংথংবা "অ" গা তুংথংবা আকারান্ত বর্ণগা মাংখি। মতৃদি :— কি+অঙাংবা=কিঙাং, ফি+অমুবা=ফিমু, ফি+ অঙৌবা=ফিঙৌ, শেল+অমাংবা=শেন্মাং, শেল+অতোংবা= শেন্দোং, চেং+অনৌবা=চেংনৌ, লৌ+অকুৎপা=লৌকুৎ, লম +অপাকপা=লম্পাক, লম+অহাঙ্বা=লমহাঙ্।

## ব্যঞ্জন সন্ধি

## Conjunction of Consonats

সূত্র ১যা— হসন্ত "ৎ" গী মতুংদা নোঙমা অর্থ কোংবা "চবা" শব্দ লৈরবদি হসন্ত ৎ অমূ চ ওল্লগা তুংথংবা চগা সংযুক্ত ওই ( তিনৈ )। মতৃদি :— কৎ+চবা=কচ্চব, হঙ্গৎ+চবা=হজচ্চবা, চৎ+চবা=চচ্চবা, উৎ+চবা=উচ্চবা।

(ক) "চবা" শব্দগী মাংথংবা শব্দ অমূ হসন্ত ন্ কারন্ত অমসুং হসন্ত ল্ কারন্ত ওইরবদি ন্ অমসুং ল্ না ঞ ওনখি ; চবগী

মাংথংবা চ না জ ওল্লগা এঞ দা সংযুক্ত ওই। মতুদ :— পন+চবা=পঞ্জবা, লেন+চবা=লেঞ্জবা, খল+চবা=খঞ্জবা, লোল+চবা=লোঞ্জবা।

(খ) "চবা" শব্দগী মাংথংবা বর্ণ অসু ন অমসুং ণ নত্তবা বর্ণ লৈরবদি চ অসু জ ওই। মতুদি :— হায়+চবা=হায়জবা, তৌ+চবা=তৌজবা, ক্ষোং+চবা=ক্ষোংজবা।

(গ) চ বর্ণগী মাংথংবা ল্ বর্ণ অসু এঞ বর্ণ ওনাথ; চ না জ ওল্লগা এঞ দা সংযুক্ত ওই। মতুদ :— খুল+চা ( Son )=খুঞ্জা, তল+চা ( Small )=তঞ্জা, কেল+চাক=কেঞ্জাক।

সূত্র ২শুবা— মথক, মখা, মসুং, মরক, মরা, ময়াই, মপাল অসিগুম্বা বিশেষণ বাচক শব্দগী মাংথংবা "ম" বর্ণ মাংখি মতুদি :— উ+মথক=উথক, উ+মখা=উখা, চাং+মসুং=চাংসুং, লৌ+মরক=লৌরক, চাং+ময়া=চাংয়া, খুল+ময়া=খুলয়া, মী+ময়াই=মীয়াই।

(ক) ঈশিং শব্দনা মাংথংলগা বিশেষণ শব্দ অমগা সন্ধি তৌরগা ঈশিং শব্দগী "শিং" বর্ণনা বিশেষণ শব্দগী মাংথংবা বর্ণগা মাংখি; করিগুম্বদসু মাংখিদে। মতুদি :— ঈশিং+মসুং=ঈসুং, ঈশিং+ময়াই=ঈয়াই, ঈশিং+অথোইব ( অহেনবা )=ঈথোই, ঈশিং+কংবা থা=ঈকংথা, ঈশিং+অনৌবা=ঈনৌ, ঈশিং+অভাংবা=ঈভাং, ঈশিং+অফবা, ঈশিং+কত্তবা মসিদি সন্ধি য়াদে।

(খ) লৈপাক শব্দগা বিশেষণ শব্দ অমগা সন্ধি তৌরগা,

লৈপাক শব্দগী মমৈখংবা "পাক" হায়বা ময়েক অসি করিগুম্বদা মাংখি। বিশেষণ শব্দগী অতোপ্পা ময়েক অড়ুগা মাংখি, বিশেষণ শব্দ অড়ু "বা" ময়েক লোপ ওইরবদি "বা" ময়েকশু মাংখি। মতুদি :— লৈপাক+মচুং=লৈচুং, লৈপাক+মথা=লৈথা, লৈপাক+মথক=লৈথক, লৈপাক+অনৌবা=লৈনৌ, লৈপাক+অঙাংবা=লৈঙাং, লৈপাক+অমুবা=লৈমু, লৈপাক+মমাং= লৈপাকমাং। মফম অসিদা "পাক" ময়েক অসি মাংখিদে। মরক, ময়া, ময়াই অমসুং মপান শব্দশিংগা মথক্কী নিয়মদা সন্ধি তৌরবদি ইতোপ তাপ্পা অর্থ পুই। মতুদি :— লৈপাক+মরক= লৈরক ; লৈপাক্কী মরক অর্থ কোংখদে ; লৈকাইগী মতুংদা চৎনবী লম্বী খংহল্লি। অমুম তৌনা লৈপাক+ময়াম=লৈয়াম ; অর্থদি লৈপাক তৌকম অমগী মতাই নত্রগা সরোক অমসুং লৈরক্কী মতাই। লৈপাক+ময়াই=লৈযাই ; অর্থদি সরোক লৈরক অমসুং লৈপাক তৌকম অমগী সেণ্টর, লৈপাক+মপান=লৈপান ; অর্থদি সরোক লৈরক অমসুং লৈপাক তৌফম নত্রগা থোনকম অমগী কিবান।

অয়াম্বা মফমদা "ঈ" ময়েক্কী ঈশিং অমসুং মহি লাংবা পোৎ খংহল্লি "লৈ" ময়েক্কা পৃথ্বী, লৈপাক ; দেশ খংহল্লি। লৈ= Tongue, লৈ=Flower,, লৈ=Red Colour গী অর্থশু ফোংই ; লৈ বিশেষণ শব্দ ওইনা শিজিন্নবদা।

সুত্র ৩৬ৱব — অ'কারান্ত ক্রিয়া বিশেষণ অমগা "মকম" শব্দগা সন্ধি তৌরগা, আকারান্ত বর্ণ অড়ুগা মফম শব্দগী পুর্ব্ব বর্ণ অমগা লোপ ওই ( মাংখি )। মতুদি :— লৈবা+মকম=লৈকম,

কি কৌবা+মকম=কি কৌকম, ঈশিং তাবা+মকম=ঈশিং তাকম।

সূত্র ৪গুবা— শেং, শেন, শেনবা শব্দগী মাংথংবা শব্দ অমু হসন্ত ন্ অমসুং হসন্ত ল্ বর্ণনা লোম্বা শব্দ ওইরবদি ন্ ল্ না ঞ ওনখি; তুংথংবা "শ" না "জ" ওল্লগা ঞ দা সংযুক্ত ওই। মতুদি:— শেল+শেং=শেঞ্জেং, কোল+শেং=কোঞ্জেং, যল+শেল=যঞ্জেল, যন+শেনবা=শঞ্জেনবা।

সূত্র ৫গুবা— ং ন্ ল্ না অন্ত বর্ণ ওইবা শব্দগী মতুংদা প বর্গনা হৌবা শব্দ লৈরবদি ং ন্ ল্ না ম ওল্লগা প বর্গগী বর্ণগা সংযুক্ত ওই। মতুদি:— চেং+ফু=চেম্ফু, শেল+ফু=শেম্ফু, চেং+পাক=চেম্পাক, মোন+পাক=মোম্পাক, কোল+মাই=কোনমাই।

(ক) ং ন্ ল্ ম্ না অন্ত বর্ণ ওইবা শব্দগী মতুংদা ক, খ বর্ণ লৈরগা গ ওল্লি, ং ন্ ল্ অমসুং ম্ না ঙ ওল্লগা গ গা তিনৈ। মতুদি:— থোং+খুল=থোঙ্গুল, যণ+কোল=যঙ্গোল, কোম+কুৎ=কোঙ্গুৎ, পান+কং=পাঙ্গং। কয়িগুম্বদা খ অমু গ ওইদে। মতুদি:— কাল+খোং=কাঙ্খোং, কাং+খোং=কাঙ্খোং।

(খ) ন্ ল্ গী মতুংদা ত বর্গ লৈরবদি ল্ না ন্ ওল্লি। ত বর্গগী বর্ণদা ন সংযুক্ত ওই। মতুদি:— তন্+থক=তন্থক, পল্+থক=পন্থক, উন+তিং=উন্তিং, উন্+নংবা=উন্নংবা, শেল্+থা=শেন্থা।

# সমাস ( Compound )

পদ ( word ) অনি অহুমনা পুল্লপ পুল্লগা অর্থ অমতা ফোং-দোকপা অদুবু সমাস কৌই।

সমাস ওইবা য়াবা পদশিং অদুগী অমমম্‌ সমস্যমান পদ কৌই। সমাস ওইরগা সমস্ত পদ কৌই। মতুদি :— উ অমসুং অচৌবা পদ অনি অসি সমস্যমান পদনি। পদ অনি অসি পুল্লগা "উচ্চাউ" অসিবু সমস্ত পদ কৌই।

চাউরাক্না সমাস মখল মরি শুই। অদুদি :— অব্যয়ীভাব, তৎপুরুষ, বহুব্রীহি অমসুং দ্বন্দ্ব দ্বন্দ্ব সমাসগী মরোল হিররোই, মৈতৈরোনগী রাহৈ পাবোংশুমনি।

সমাসদা— সমস্যমান পদশিং সন্ধি ওইবা য়ারগা সন্ধি ওই।

## অব্যয়ীভাব সমাস

মনাক, ময়া, ময়াই, মহুং মপান (১) অসিশুম্বা অব্যয় শব্দগা বিশেষ্যগা তিন্নরগা অব্যয়ীভাব সমাস কৌই। মতুদি :— ইমা, মনাক=ইমানাক। য়ুম, ময়া=য়ুময়া, লৌ, মহুং=লৌমহুং তুরেন, মপান=তোর্বান অসিনচিংবা।

## তৎপুরুষ-সমাস

কারক ( ০৪৪০ ) গী মতুং ইন্না তৎপুরুষ সমাস মখল ৬ শুই।

---

১ হায়খিবা শব্দসিং অপেংবা অব্যয় শব্দ নত্তে; বিভক্তি চংই, অপেংবা অব্যয় শব্দদা বিভক্তি চংদে। মতুদি :— তৌইশুমসুং, অমহুং, নত্রগা, অসিশুম্বা বিভক্তি চংদবা শব্দশিংবু অব্যয় কৌবনি।

মতুদি :— দ্বিতীয়া তৎপুরুষ, তৃতীয়া তৎপুরুষ অসিনচিংবা। সমাস ওইবা মতমদা বিভক্তি লোপ ওই ( মাংখি )।

## দ্বিতীয়া তৎপুরুষ বিভক্তি "বু" "পু"

### কর্ম্ম কারক 2nd Case

কৈবু কাবা মী=কৈকাবা মী। মীবু চৈবা=মীচৈবা। লৌবু খোয়বা=লৌখোয়বা, কৈবু হাংপা=কৈহাংপা।

## তৃতীয়া তৎপুরুষ বিভক্তি "না"

### করণ কারক 3rd Case

চক্রিনা তকপা চেং=চক্রি চেং, খুৎনা ই বা লাইরিক=খুৎই লাইরিক, কোলুনা শুম্বা থাও=কোলু থাও।

## চতুর্থী তৎপুরুষ বিভক্তি "দা" "তা"

### সম্প্রদান কারক 4th Case

লাইদা কৎনবা লৈ=লাই কৎনবা লৈ, থুরাদা পীজনবা হৈ=থুরা পীজনবা হৈ, সনামহীদা কৎনবা কবোক=সনামহী কৎনবা কবোক।

## পঞ্চমী তৎপুরুষ বিভক্তি "দগী" "তগী"

### অপাদান কারক 5th Case

গঙ্গাদগী শোকপা ফজ ( ঈশিং )=গঙ্গাজল, গৌহাটিদগী থাও=গৌহাটি থাও, শিলংদগী হৈ=শিলং হৈ।

## ষষ্ঠী তৎপুরুষ বিভক্তি 'গী' "কী"

### সম্বন্ধ কারক 6th Case

মৈতৈগী চেং=মৈতৈ চেং। লোৱকী ঙা=লোৱক ঙা। তখেলগী থাং=তখেল থাং। তেখাওগী মচা=তেখাও মচা।

## সপ্তমী তৎপুরুষ বিভক্তি "দা" "তা"

### অধিকরণ কারক 7th Case

উদা পানবা হৈ=উহৈ। লৈপাক্তা শাৎপা লৈ=লৈপাকলৈ। খোংদা পোম্বা=খোংপোম্বা। খুত্তা শোকপা=খুংশোকপা।

## কর্ম্ম ধারয় সমাস

বিশেষ্য ( Noun ) পদ অমগা বিশেষণ পদ ( Word ) গা সমাস তৌনরগা কর্ম্ম ধারয় সমাস কৌই। মতৃদি :— চেং, অনৌবা =চেংনৌ। মী, অচৌবা=মীচাউ। লং, অতৎপা=লংতৎ।

কর্ম্ম ধারয় সমাসগী মখল খরা লে শুনবা ইররোই। উপমান কর্ম্ম ধারয়—বিশেষ্য পদ অমগা বিশেষ্য পদ অমগা উপমান ( উপমান=চাংদমনবা ) তৌনবা অতৃবু উপমান কর্ম্ম ধারয় সমাস কৌই। মতৃদি :—খাগী মায়না ফজবা মাইখোং=থাজ মাইখোং। থম্বালগা মায়না ফজবা মিৎ=থম্বাল মিত্তা। শামু মখোংগা মায়না চাউবা খোং=শামু খোংতা। অসুম তৌনা, জ্ঞান মণ্ডাল, হৃদয় মন্দির, থম্মোর ফুরা, বাক্যামৃত, রাহৈ থুম্বা, তরং লাঈজা, লৈকং, মিৎলাউ, খোংশাং অসিগুম্বা রাহৈশিং কর্ম্ম ধারয় সমাসনি। কর্ম্ম ধারয়গা দ্বিগু সমাসগা তৎপরুষ সমাসগী মনুং চল্লি।

## উপমান ( উপমা ) অমস্তুং উপমেয়

থাক মাইথোং হায়রগা, মাইথোং অদু কজবদা থাগা চাংদম্নবনি। মকম অসিদা থা "উপমান" পদনি ; মাইথোং "উপমেয়" পদনি। থম্বাল মিত্তা হায়রগা থম্বাল "উপমান" মিং "উপমেয়" পদনি। মরু ওইবা বিশেষ্য পদ অদুবু "উপমেয়" কৌই, মদুগা উপমান তৌবা ( চাংদম্নবা ) বিশেষ্য পদ অদুবু "উপমান" কৌই।

## বহুব্রীহি সমাস

সমস্যমান পদশিংগী, মশা মশাগী অর্থ কোংদোক্তনা ইতোপ তোপ্পা অর্থ অমা কোংদোকপা সমাসবু বহুব্রীহি সমাস কৌই। মদুদি :— শূলপানি ; শূলগী অর্থ ত্রিশূল, পানিগী অর্থ খুৎ ; শূল পানিগী মশা মশাগী অভাবা অর্থ ত্রিশূল, খুৎ কোংদোক্তনা "মহাদেবগী" অর্থ কোংদোকই, "শূল পানৌ যস্য সঃ শূল পানিঃ" ; অর্থদি মখুত্তা ত্রিশূল পায়বা মীশক ; হায়বদি মহাদেবনি, মকম অসিদা "শূলপানি" অসি বহুব্রীহি সমাসনি।

মৈত্তেরোন্দা— "পুংরৈবা" অনি "ইশৈশকপা" অহমগা মথারোমদা কুমথখিবা উই, হায়রবদি "পুংরৈবা" অমস্তুং "ইশৈশকপা" মীবু থংনরে, পুং ইশৈগী থবক ( Subject ) বু থংনদে। মকম অসিদা "পুংরৈবা" অমস্তুং "ইশৈশকপা" বাক্য ( ৱাহৈ ) অনি বহুব্রীহি সমাসনি।

অমরোমদা— তোপ্পা। নং কদোইঙে "পুং রৈবা" তারি ? চাউবনা কদোইঙে "ইশৈ শকপা" তারি ? ৱাহং অসিদা পুং অমস্তুং ইশৈনা তৌবা থবকপু থংনৈ, বহুব্রীহি সমাস নত্তে। পুংবু

য়্বৈবা=পুংয়্বৈবা ; ইশৈবু শকপা=ইশৈ শকপা ; দ্বিতীয়া তৎ পুরুষ সমাস ওইয়ে।

বহুব্রীহি সমাসগী উদাহরণ খয়া— "কোয়েৎ অঙাংবা" অর্থদি দায়োগা অমসুং দোলাইপাবা। "হৌদোং লম্বোইবা"= তাৎতোবা—মপুক শেংদবা মী। "মুম লৈমা"=হৌদোং। "মৈথু"=চুরুপ বিড়ী অমসুং হিদাক। "অনোইবা"=ইয়োম্বা,। "নাপী"=লিল। "অয়াংবা"=শামু "অতোবদা অমুবা তাবা"= লায়রিক ইনবা। য়াহৈগা অর্থগা খেন্নবা অসিগুম্বা য়াহৈশিংবু বহুব্রীহি সমাস কৌই।

য়ায়েং শেম্বা— তোম্ববু কোয়েৎ অঙাংবনা কাগে তায়রি। খুয়াতোম্দি হৌদোং লম্বোইবা শারে। য়ুমলৈমচু তাম্বোকপ্রো। ইপু মৈথু তোৎবীব্রা ? অনোইবা খরা হাপকউ। পুকচোন নাপীনা শোক্কুনা মাইবনা কয়া লাক্লরি। য়েংউ! সয়োক্তা অয়াংবা চৎখিবা ; নকি নয়োল চেকশল্লু ভূপীশা ! অতোবদা অমুবা তায়-বনিনা ; হৌজিক মা কদাই লিৎপা ওমগনো ?

---

# য়াহৈ-তুমাশাবা

## যুগ্ম শব্দ ( Double Words )

মৈতৈয়োলদা য়াহৈ তুমা শাবা কনা য়ায়া লৈ। য়াহৈ তুমা শাবশিং অসি মথল ৪ খেক্তা খাইদোকপা য়াই। মচুদি :— য়াহৈ-পাযোৎ, য়াহৈ-কাইবোক, য়াহৈ-লাম্বা অমসুং য়াহৈ-ওয়তেন্নবা।

## ১। রাহৈ-পাবোৎ

### যুগল শব্দ ( Couple Words )

উকুল-রাইফুল, ইকাই-শঙ্গোই, থুম্মুক-তাইরুক, থুরুম-থাজিন, নাতৈ-পুতৈ, সুয়া-চগা, নাপী-শিংবী, পোৎ-চৈ, শক্তো-পুত্তা, কম্মেল-মাংশোক, মরুপ-মপাং, রাশি-রাতাই, য়েন্নথা-লুখা, গুমাং-থেঙ্গোং, য়ুম-কৈ, হিদাক-লম্বুক, থোদো-লাক্তো, কত্ত-হাওদী, চীং-মান, অরাই-অথুম, অথং-অয়াক, হয়ান-চিঙ্গি, অয়ান-অহুই, রাখোক-লাম্বোক, শাগৈ-নাতৈ, বন্ধু-হনা অসিগুম্বা রাহৈ পাবোৎশিং অসি বহুবচননি ( Plural Number ) মতুং থংবা রাহৈ অহু লৌখোক্লগা একবচন ( Singular Number ) ওই। মতুদি:— "চীং মান" বহুবচনি, তুংথংবা "মান" লৌ-খোক্ত্না "চীং" তা হায়রগা একবচন ওই। উদাহরণ— চাউবা "চীং মান্দা" কোইচৎ চৎলি। মসিগী ভাবার্থদি চীং অমতদা চৎপা নত্তে। "চাউবা ওসি রাইখো চাং কাখি" হায়রগা চীং অমদা কাখিবগী অর্থনি অহুগা তুংথংবা রাহৈ অহু তোঙান্না শিজিন্নরগা, অর্থ য়াউগন্দে, নত্রগা ইত্তেপ তোপ্পা অর্থ অমা কোংই।

## ২। রাহৈ-ফাইবোক

### যমল শব্দ ( Twin Words )

কোয়ৌ-মুবিৎ, থয়াই-থোং, নমু-মী, তরেৎ-শেঙ্গা, তয়া-চাক, মঙা-মকৌ, চোয়ম্‌-সনা, পামেল-উ, পোম্বী-চেক্লা, মালং-মুংশিৎ,

মালেম-লৈপাক, লোইবী-চীং, লাইজা-ঈশিং, লেত্রে-ঙা, য়ালোই-শঙ্গোল, য়ারৌ-শা, লাঙ্গোয়-শামু, তাংজ-লীন শীঙেল-লৈয়াং, লোয়চু-থুম, খোয়ুম-লাই, চীঙু-লাইপক, কোলোই-মিং, কো-লোই-য়াহৈ, কোলোই-পাউ, ভুরেল-ভুখুল অসিগুম্বা অর্থ মায়বা বিশেষ্য য়াহৈ অনিনা পুনববু য়াহৈ কাইবোক কৌই।

## ৩। বাহৈ-লাম্বা

### সম শব্দ ( Equal Words )

অকল-অখৌ, অথুম-অহাউ, অরা অনা, অথং অয়াউ, লাই-তোল, লাইয়ম-তোললম, তোল কাং, ইহৌং-নাইহৌং, ই-নাই, উং-য়াই, চেংহী-উতী, মুংঙাই য়াইফ, মুংশী-মুংঙোল, অপাম-মুংশী, লৈম-সিজ, লৈত-লাইয়বা, লৈখোম-লৈনাং, হি-য়াই, হিমেং-য়াইমেং, হিকল-য়াইকন, পুং ইশৈ, পাখং-লৈশাবী, অশোন-অনা, কজ-নিংখি, কুরিৎ-কৈজোম, য়েকু-তিংখং, নোং-মুংশিং, লাই-গুরু, সাধু-বৈষ্ণব, শায়েং-পাম্বোম, হেদোই-হেয়াউ, অনৌ-অপেং, শঙ্গোম-চুহি, চেং-চাক, থুল-লৈকাই অসিনচিংবা পুন্নিবা য়াহৈ অনিমক্কী চাং নত্রগা গুণ মান্নে, মরম অসিনা য়াহৈ লাম্বা কৌই।

## ৪। বাহৈ ( ওয়েতৈনবা ) লাম্বা শোয়বা

### বিষম শব্দ ( Contrary Words )

অই-অশা, অপং-অশিং, অচৌ-অপিক, অরী-অনৌ, অয়ে-লৈত, অকল-অখোং, অনেম-অয়াং, অরুব-অয়াং, খা-য়াং, মনিং-

মমাং, তুং-মাং, লাইর-ইনাকখুন, লঘু-গুরু, থক-খা, থকশি-খাশি, মপু-মনাই, সাধু-দাকু, স্বর্গ-পাতাল, অক্ষ-কক্ত, অচুম-অয়ান, দোষ-গুণ, অপৈ-অচুম, পোকপা-শিবা, জন্ম-মৃত্যু অসিনচিংবা য়াহৈ অপুনবা অনিগী অর্থ অমগী বিপরীত ওইনা লৈনবা অসি, য়াহৈ ( ওন্নৈতৈনবা ) লান্না শোয়বা কৌই।

মথক্তা হায়খিবা "য়াহৈ তুমা শাবা" মখল ৪ গী মচুংদগী "য়াহৈ কাইবোক" নত্তনা মখল ৩ দি বাঙ্গালানচিংবা ভাষাদস্ম থয়া ময়াউই !

---

# য়াহৈ মতেক

## ভগ্ন শব্দ ( Parts of Words )

ক্রিয়া বাচক শব্দবু বিভক্তী য়াউদনা শিজিন্নরগা য়াহৈ মতেক কৌই। হায়বদি য়াহৈ মপুং কাখন্দবু য়াহৈ মতেক কৌই। বিভক্তী লৌথোক্লগা য়াহৈ মতেক ওই। মচুদি :— "চায়ে" ক্রিয়াগী "য়ে" লৌথোক্লগা "চা" য়াহৈ মতেক্নি।

### উদাহরণ ১বা— ৺কবি চাউবগী "থাইনগী লৈরাং" দগী

### লোইকাবগী মচুংদা য়াউবা

(ক) মনাই শেম্বনা মাংদা "থা" নাইজ হজবনা ছুংদা "চৎ"

থা অমসুং চৎ ক্রিয়া অনি অসি বিভক্তী হাপকম থোক্লবনু হাপ্তীদনা শিজিন্নরে। "থা" অমসুং "চৎ" য়াহৈ মতেকনি।

(খ) দোলাই লেংজাও কৈনা "তোং" 'তৌবা পেনা শক্তা "খান"

"তোং" অমসুং "খান" অনি অসি রাহৈ মতেকনি রাহৈ মপুং ফাত্রে।

উদাহরণ ২শুবা— লেখকী "মালতি মাধব" দগী

তাখুমদগী তাপাক "শৎ" থাংখুমদগী থাংশাং "শৎ";
মথুৎ নামা নামাদা "পায়" মিৎ ই কোরি "কা" উরু উরু "লৈ"

শৎ, শৎ, পায়, কা অমসুং লৈ রাহৈ মতেকনি। অসিগুবা রাহৈ মতেকশিং রারী লাইরিক্তা, পেনা ইশৈদা উপকথা অমসুং শৈরেং ওইনা লেংবা রারীদা মরম অচাবদা হাপ্পা ফজৈ, ইতিহাস অশেংবা, জীবন চরিত অমসুং করিগুম্বা পোংশক অমগী রচনা অমসুং ধর্মগ্রন্থগী মনুংদা রাহৈ মতেক হাপ্পা ইবা ফজদে।

---

## নানর্থধ্বনি বর্গ (Words with different meanings)

### রাহৈ অর্থ চরোঙ (অর্থ লোঙবা)

খোলহায় থরা খেন্নরবসু বানান মান্নবা শব্দ অমনা অর্থ য়াম্না কোংবা য়াউই। মসিবু নানার্থধ্বনিবর্গ কৌই। মৈতৈ-রোন্দা অর্থ চরোঙ পুবা নত্রগা অর্থ লোঙবা রাহৈ কৌনি। মসিদি ক্রিয়া অমসুং বিশেষণ শব্দদা য়াম্না খোকল্লি।

উদাহরণ অহানবা—

১। ডাক্তরনা মাগী মথরাই কল্লে।

২। চাউবা মকি ফ্রং ফ্রং কল্লে।

৩। তোম্বা লৌকম অমা কল্লে।
৪। মাগী মপানল কল্লে।
৫। মখোয় ইমুং চাবা কল্লে।
৬। চু অসি য়াম্না কল্লে।
৭। নিপা মচাসি মচীন কল্লে।
৮। ভানু কোইবা কল্লে।
৯। মাগী খম্মোই কল্লে।

"কল্লে" ৯ অসিগী অর্থ অমত্তা নাম্নদে।

১। গুসি উৎসোবগী চাক ইশাং কৌই।
২। অঙাং অসি মচিন কৌই।
৩। নংবু নমানা কৌই।
৪। মাগী মমিং তোম্বা কৌই।
৫। ঐ গুসি ঈশিং কৌই।

"কৌই" ৫ অসিগী অর্থ অমত্তা তিম্নদে।

১। কাক মরুম কোল্লি।
২। চাবদা ঐনা ইকোন কোল্লি।
৩। মা মথ্বাং কোল্লি।
৪। মাবু মখুয়ানা কোল্লি।
৫। চাউবী ফি কোল্লি।
৬। মমানা মচা কোল্লি।
৭। মপাগী গুকশমদা মচানা কোল্লি।

"কোল্লি" ৭ অসিগী অর্থ তোঙান তোঙাল্লি।

# নাতৈ বাহৈ

## উপমিত শব্দ ( Comparable Words )

মমাংতৈগী মণিপুরদা লৈরমদবা, মীগী দেশদগী পুথোরকপা পোংশকী মমিং. মৈতৈরোন্না নাতৈ শাবা য়াহৈদা থোনবা মমিং-শিংবু, নাতৈ য়াহৈ কৌই। মখুদি :— শেবোং লিনমাম্বী. ষম্থিচে, কায়োন অথাবী, মৈথেং, পুলৈ মাম্বী, হুংশি হিদাক, তেথাওক্র, কবোক্র, ঙা উকাবী. ঙা শমজেং, ঙাইবেম্মা, ঙা বেলুন পাইবী. ঙমু তেন্দেন, ঙমু পোয়োম, থামেন অশিনবা, অন্নাথবী. কোবী থমজেং মানবী, খ াংলাক, মাইতৈ অসিনচিংবা।

---

# অর্থ ওই-য়েং অনি পুবা বাহৈ

## বিষম অর্থবোধক শব্দ (A word with contrary meaning)

অর্থ ওই-য়েং পুবা হায়বদি, ক্রিয়া অমত্তনা বিশেষ্য শব্দ অমগা তিময়গা কোংবা অর্থ অতুগী ওয় তৈনবা অর্থ অমবু অতোপ্পা বিশেষ্য অএগা তিময়গা কোংই। মসিবু অর্থ ওই-য়েং পুবা য়াহৈ কৌই। অসিগুবা য়াহৈ তাংই। মীগী ভাষাদদি শুকলৈ লৈতে। উদাহরণ— লৈবা = ক্রয়, কেনা (Buy), মসিগী ওয় তৈনবা বিষম বিপরীত, ( contrary ) দি—য়োনবা, বিক্রয়, বেচা (sell) নি। ইমা কৈথেলা কো "তাইবা" চংখি। "তাইবা" গী অর্থ য়োনবা কোংই। ইচে চুকাপ্পা থুম "তাইব" চংখি। "তাইব" গী অর্থ লৈবা কোংই। বিশেষ্য শব্দ কোগা তাইবা ক্রিয়া তিময়গা য়োনবা

কোংই, থুমগা তিমরগা নৈবা কোংই। লোনচৎ অসি হৌজিমক বস্তিদা চৎনরি।

## তাংজ রাহৈ

### উপ শব্দ ( Adoptive Words )

অতোপ্পা ভাষাদগী লৌসিন্দুনা মৈতৈরোল্দা শিজিন্নরিবা রাহৈ-শিংবু তাংজবা রাহৈ কৌই। মখুদি :— সেবা, ভক্তি, পূজা, জলাঞ্জলী, চরণ, শ্রবণ, কীর্ত্তণ, ব্যবহার, ইজ্জৎ, সন্মান, দয়া, ভিক্ষা, প্রার্থনা, সভা, গুদাম, চা, খবর, চিঠি, দোকান, বাজার, সিনেমা, ড্রামা, মিটিং, ছাত্র, ছাত্রী, ঘড়ি, রেডিও, টেলিগ্রাম, ডাকঘর অসিনচিংবা।

## রাহৈ কূরুপ

### স্ববংশীয় শব্দ ( Relative Words )

সমাজগী মপুংদা কাংলুপ, শাগৈ, কুরুপ নাইবগুম ময়েক (বর্ণ) অমসুং রাহৈ (শব্দ) শিংগী মপুংদসু কাংলুপ শাগৈ অমসুং কুরুপ নাইনৈ। বর্ণগী মপুংদা "ক" কী "চ" গী কাংলুপ অসিনচিংবা

---

উদাহরণগী দমক্তা— মৈতৈ শব থরা-থরত লৌখত্লা মথক্তা শনবিবা মথল ১২ থোক্লা থায়হুনা উচ্ছয়ে। অসি নত্তনা নৈনবীতাই রায়সু নৈ। মনিদগী থংবীগদবদি— মৈতৈরোল থোমনা লাইরবী লোল মত্তে, শব মনিদগী থংবীগদবদি— মৈতৈরোল থোমনা লাইরবী লোল মত্তে, শব মনীংদা, অচৌবা প্রদেশগী ভাষাগী শব্দনা হেন্নবসু শব অমনা অর্থ মনীং মনীংদা, অচৌবা প্রদেশগী ভাষাগী শব্দনা হেন্নবসু শব অমনা অর্থ মনীং রায়া পোকথোকপা অমদি সংক্তা মনীংদা মীগী ভাষাদগী মণিপুরী ভাষানা মথোল।

কাংলুপকী রাদি ব্যাকরন্দা য়াউই। মথু ছাত্র অমাম্বনা খংইবনি। শব্দগী কাংলুপদি — পোৎশক অমদগী থোরকপা নত্রগা পোৎশক অতুগা মরীলৈনবা অমদি মমিং হোৌবা ময়েক মাম্নবদি পোৎশকশিং অতু ফুরুপ তিমবা কৌই। মথুদি :— লশিং, লংথুম, লংখাই, লংহৌ, লংলা, লংজা, লংছম, লংতৎ, লংচাক, লংপৌ, লংকুপ, লশিং মরু, লংয়েরৈ অসিনচিংবা রাহৈশিং ফুরুপ তিমরে; লশিংদগী থোকপা, নত্রগা মরীলৈনবা অমদি মমিংশিং ল ময়েক্কা হোৌই। মোইথাপদি লশিংদগী থোকপা ওইথুনসু মমিংগী অহৌবা ময়েক তিমদবনা ফুরুপ তিমদরে। শাপৈদি তিমৈ।

---

# গদ্য-বারেং

## Prose

গদ্য ইবা চাউরাক্না মথল ৩ লুই।

মথল অহানবা— পরিং অচুম্বদা ইশম শম্বা রাহৈনা ইবা স্কুলদা তম্বা লায়রিক—সাহিত্য, ভুগোল, ইতিহাস, অঙ্ক, ব্যাকরণ, জ্যামিতী অতুগা জীবন চরিত, ধর্ম্ম, জাতি অমসুং সামাজিক তত্ত্বগী লায়রিক। হায়রিবা লায়রিকশিং অসিগী মথুংদা অয়ানবা রা লৈহনবা য়াদে। চুমদবা রা য়াউরম্লবদি লায়রিক অতু পাক্লবা মীনা অচুম্বা লায়রিক অম অমুক থেংনরুহনা মথু পাক্লবদা লায়রিক অনিগী মত তিমদবা উরুবদগী, মপুক্কা চিংনদবা য়ারম্লোই। মরম অসিনা য়াম্না কুপ্না নৈনহৌরগা ইগদবনি।

মথল অনিশুবা— অচুম্বা য়ায়ীনা পাম্বৈ ওইছুনা, লেখকী কম্পনা শক্তিদগী থোয়কপা য়ায়িগা য়ায়ছুনা ইবা, মসিদি ঐতি-হাসিক উপন্যাস অমসুং নাটক অসিগুম্বা লায়রিক্তি, মসিগী উদা-হরণ-- মৈদিংগু লোইনাই চীংথংখোম্বা ইবুংঙোগী স্না হাকুক্তা "পাখং অমগা নৈশাবী অমগা অপাম-সুংশি লাংদা থুনখিয়মই, য়েক্ত থোক্লবগী অহল লময়া মথোয় নীংবা থুংহনখিদে। অতুদগী মথোই অনি হু থেমজী চাহুনা শিখিয়খি।" মসি শাজিনবা য়ায়ীনি। মৈদিংগু লোইনাই চীংথংখোম্বা ইবুংঙোনা পাম্লম্বা অচুম্বনি। অচুম্বা অসিনা পাম্বৈ ওইরহুনা মথা শাজিনবা সুংঙাইবা য়ায়ীগা পুনশিন্দুনা লেখা অসি গদ্ভ লেংবগী ২শুবা মথলনি। য়াহৈ মতেক, উপমা অমদি মলুংদা শৈরেং থরম্ভ থেৎচিনবা ইয়া য়াই। মতম থাগে হায়রগা মৈদিংগু চীংথংখোম্বা ইবুংঙোনা পাম্লম্বা মতমগা চানহনগদবনি।

মথল অহমশুবা— ইওই ওইদবা কবিগী অওকপা কম্পনা শক্তিনা লোংথোয়স্তুনা অওইবা ওইনা উৎপা অসি গদ্ভ লেংবগী ৩শুবা মথলনি, উপকথা (উপন্যাস Novel) উপনাটক (Drama) অসিগুম্বা লায়রিক্তি।

উপকথা অমসুং উপনাটক অসি মথল ২ শুই। সাধারণ উপকথা হায়বদি মীয়মলেম্বা চৎনরিবা থোদোকী য়ায়ী। ৺রবীন্দ্র ঠাকুরনচিংবা কবিগী উপন্যাস অমসুং হৌজিক ইনরিবা উপন্যাস মথল সাধারণ উপন্যাসনি। "চৈতন্য চন্দ্রোদয়" নাটক অসি উপনাটকনি।

মীপা লাইগা উনছনা য়া ভাংনবা, মীবা উচেকুয়া পাইবা ওম্বা হিংচাবা হিংচাবীগী য়ায়ী অসিগুম্বা লাইয়মলেন্দা তৌগদবা থৌদোকশিংগী য়ায়ীগী লায়রিক "অসাধারণ উপকথা" কৌই। মসি হৌজিক ইনদে। "আরব্য উপন্যাস" গুম্বা উপন্যাস অসাধারণ উপকথানি।

উপন্যাস অমসুং ড্রামা লেংবা লেখক্না প্রাকৃতিক জগত্তা মিৎয়েং থমবীগদবনি প্রকৃতিনা য়াদবা মরম উৎলোইদবনি। হায়বদি নিংথম থাদা পুথ্রীদা থম্বাল শাংপা, লমদা থাদা লৌ থাউবা অসিগুম্বা ওইথোক্তবা হিরম ইবা যত্তে। অশিংবা পাঠক্না অছুগুম্বা কায়ন-চৎপা য়ায়েং য়াউবা লায়রিক অছু পারুরগা মবুক্তা লেখকপু উশিন্তবা য়াখল পোকই। লায়রিক অছু পারবগী মুংঙাইবা অমসুং মতম মাংহন্নি, পাঠক কনাগুম্বনা, লেখকী মহৈগী চাং খংনিংছনা লেখক অছুনা লেংবা লায়রিক পায়ী। কনাগুম্বা অমনা লায়রিকী মসুংদা য়াউবা য়ায়ীত্তা খংনীংছনা লায়রিক অছু পায়।

পাখং অমনা মাগী মরুপ অমগী মযুমদা চংঙ্বদা, মরুপ অছুগী ইথোল মসুং লম্বী লমজং ময়াদা, পুথ্রী অচৌবা অমা লৈবা, অছুগা পুথ্রী অছুদ: থরো থম্বাল শাঙ্নবা লৈবা, পাখং অছুনা উরমই হায়না লেখক অমনা ফোংলে। মতম অছুদি "নিউ ইয়র্স হোলিডে" মতমদনিংগু হায় নিংথম থাদা থম্বাল শাংপসি প্রকৃতিনা য়াদবা কৌই।

## যতি—কুট—খুদম

যতির্জিহ্বেষ্টবিশ্রামস্থানং কবিভিরুচ্যতে।
সা বিচ্ছেদ বিরামাদ্যৈঃ পদৈর্ব্বাচ্যা নিজেচ্ছয়া ॥

ৱারী ৱারেং অমগী মরক্তা লৈয়েংগী ঙাইহাক্কং লেপকম, পোথাকম্ অমসুং পুমলেপ লেপকম ( সোর হোনকম ) ওইবা মফম খংনবা খুদম থম্মে। খুদমশিং থম্নগী কান্নবা অমস্তু লৈ। খুদম থমজগা, ৱাহৈশিংগী ময়েক অমগা অমগা শমজিন্নদুনা পাগল্লি। মতৌদি :— ঐশিং নুংশিৎ মৈ, ৱাহৈ অহুম অসিবু ঐ, শিংনুং, শিৎ মৈ, অমুম হায়না অঙাং অমনা পাবন্দু ম্লাই। হৌজিক মতম অসিদা মথাদা ইরিবা খুদমশিং সাহিত্যদা চংনৱি।

১। লঘু যতি ( , ) কোমা— বিশেষ্য অমসুং বিশেষণ শব্দ মথংশিংনা থম্না ইবা তাৱবদি মমৈথংবা শব্দ অনি নত্তনা অতৈ শব্দ খুদিংদা কোমা হাপকনি ; অদুগা মমৈথংবা শব্দ অসিগী মরক্তা অমসুং নত্রগা অমদি ইগনি। মতৌদি :— কৌ, চেং, হরাই, লশিং অমসুং গেহু মণিপুরদা য়াম্না কংই। চাউবগী লৈকোন্দা অঙৌবা, অঙাংবা, অমুবা, নাপু অমদি মেম মানবা মচুগী লৈ মথল শুনা শাংদি।

ৱারেং মপুন অমগী মনুংদা ভাব মতেক থান্না লৈরেং ঙাইহাক লেপকম ওইবা মফমদা কোমা হাপকনি। মতৌদি :— অহিং নুংথিল নাইদনা, চাবা, থকপা, তুম্বা, হিপ্পা অমসুং কোইবদস্তু, বিষয় অদুগী ৱাথল কাওয়রোইদবনি ; মতু ওন্নগা মহৈ ৱানগনি।

২। গুরু যতি ( ; ) সেমিকোলোন— ৱায়েং পরেং লোয়দি লোয়রগা, ৱা মথা থরা তাথপদবা ৱাংলবদি সেমিকোলোন হাপ-কনি। হয়েংদি পাজি কলকত্তাদগী শোইদনা থুংলগনি ; ঐগী ফুরিং অমত্নু পুরকনি। হেৱাসিংগী লৌ লোকপা পুমলোয় লোয়রে ; শিংগদবা থুলং থরদি লৈ।

৩। ছেদ ( । ) দারি, চৈথৈ— ৱাহৈ পরেং অমা লোয়বদা হাপই মতুদি :— ৱাম মচিন্মনাউ স্কুল চৎখি। ইমা কৈথেল কাথয়ে।

৪। প্রশ্নকূট (?) ৱা হংবগী থুদম। মতুদি :— চাউবা কদাই চৎখি ? নং পারা কারব্রা ? স্কুল চৎলরোইব্রা ?

৫। ভাববোধক কূট (!) মী কোবা, পুক্নিংগী অৱাবা অঙকপা কোংবদা হাপই। মতুদি :— হো ইমা ! হায় ! হায় ! ইঃ ! করিনো ?

৬। প্রক্ষেপচিহ্ন ( " " ) থুদম অনি অসি ৱারেংগী মতুংদা মী অতোপ্পা অমগী ৱাহৈ ৱায়েং লায়রিকী মমিংশুপ্পা থেৎচিনবা তারবদি মচু প্রক্ষেপচিহ্ন অনি অসিগী মরক্তা থমগনি। মতুদি :— ঐ ওয়াং তাক্তর ময়ুমদা উনরুই— 'হংচিৎ কাউবা থবক চিল্লি ঐ লাকপা ওম্মরোই" হায়না ঐতোন্দা হায়বিরকই। "থাইনগী লৈরাং' লায়রিক অসি ৺কবি চাউবনা লেংবা লায়রিক্নি।

৭। উর্দ্ধরেখা ( ৺ ) চন্দ্রবিন্দু মানবা থুদম অসি মৈতৈত্ত-রোন্দা "থোয়ুম লাইওই" থুদম হায়বা ৱাই। নাইতোম শিজিন্ন-রপা ঈশ্বর অমনুং ঈশ্বরীমু থংবৈ, মী অমগী মমিংগী মমাংদা

হায়রবদি লোন্দাখিবা মীনি থংনৈ। মচুদি :— শ্রীশ্রী৺চরণগী কৃপাদগী হৌজিক ঐখোইগী অনায়েক লৈজদে। ৺পাবুংগী কিরোইদি ইং— তাং দা থোক্লে। শ্রীযুক্ত মামতোনদা কিয়োই নংনবা থোকপীরম্লবা নিংশিংবে। শিখিবা মীগী মখিংগী মমাংদা শ্রী হায়া য়াদে।

৮। অসুক্তি চিহ্ন ( — ) লৈই অকৈবা। খুদম অসি করি, শুম্বা মী অমগী কোংনিংদবা মমিং অমসুং কোংনিংদবা ৱাহৈ য়াওাং ফুমহনা থম্বা মকমদা হাপই। মচুদি :— শ্রীযুক্ত --- সিংহনা সিনবীরিব। থৌদৌ মতাসি উরগা ঐ ওক্কবা ওমজে। নহানমথৈ মহাক্না হায়বীরক্লবদি ——। হৌজিক্তি —— তৌবীরক্লে।

( ক ) ( — ) খুদম অসি, ৱাহৈ পরেং অনি মথক মথা ওম্বনা ইরবদি পরেং অনিগী লাংদাইদসু হাপই। মচুদি :— চাউবা নমাং য়ায়া কংলে—হন্দক নাক্লবদগী।

৯। ঋণ চিহ্ন ( — ) থাইদোকপগী খুদম অসি লায়রিক ইবদা, পরেংগী অরোইবদা শব্দ মপুম ইবা চম্রহনা, মথাগী পরেংদা মরেক থম্বা ইবা তারবদি, মথক্তী পরেংগী লোয়দবা শব্দ মতেক্তী ময়াদা হাপকনি।

১০। সমান চিহ্ন ( = ) মাম্নবা খুদম অসি ৱাহৈ অনিগী মরক্তা লৈরবদি ৱাহৈ অনি অচুগী চাং, গুণ নত্রগা অর্থ মাটৈ থংই। মচুদি :— ৱাহৈ=শব্দ, পদ, Word।

১১। লোপ চিহ্ন ( * * ) শৈরেং নত্রগা য়ারেংগুম্বা অমা লোইনা ইহৌত্রগা, মথাদা লোপ চিহ্ন অসি পরেং ২।৪ গুম্বা থমহৌনি।

১২। অণ্ডার লাইন ( ———— ) অইবা ৱারেংগী মফুংদা য়াম্না হেক্তিম্না দরকার ওই হায়বা থংহন্নীংবা ৱাহৈ নত্রগা ৱাহৈ পরেং অচুগী মথাদা লৈই চিংছনা থমগনি।

১৩। ব্র্যাকেট ( ) কোৎসনবা। ৱাহৈ অমগী মতুংদ ভাইনবা ব্র্যাকেটগী মফুংদা লৈবা ৱাহৈ নত্রগা অঙ্ক মশিং অচু য়াংথংবা ৱাহৈ অচুগা অর্থ নত্রগা চাং মাম্নবা থংহল্লি। মচুদি :— স্বর্গীয় ( নোঙাখিবা, নোংথক্কা লৈবা )।

---

# ( ১ ) লাইগু

১। পাকচাউদি লায়রিক য়াম্নদি হৈরগা "লাইগু" দি ইথং থংদে।

২। পিশক লায়রিক হৈত্রবসু "লাইগু" দি কনা য়াম্না থংই।

অসুম তৌনা মীনা "লাইগু" পন্দুনা ভাংনবা ৱা ভাদবা মীদি কয়া য়াউরম্লোই। নহাশিং খরা ভাদবসু ময়াই।

করিবু লাইগু কৌবগে ? লাইগুগী অর্থ করিনো ? ৱাহৈ অমত্তনা পাউথুম পীনিংঙাই লৈতে। দেশ অম অমগী সমাজগী মফুংদা

---

১। মহারাজ ঈশ্বরনা ( ৺সার চন্দ্রকীর্ত্তি ) পাল্লিঙেদা পণ্ডিৎ লোই-শং কারবা ঊঝা পণ্ডিৎকা ভান্নরম্না লেপত্রবা "লাইগু" গী অর্থনি। ইপুৰেতোকপা মতে।

কৈজ হায়না চৎনরিবা লমচৎ ব্যবহার থকলি-থাশি লোননচিংবু লাইগু কৌই। মৈতৈগী পুংরৈবা, ইথৈ শকপা, পালা য়াউবা, লায়রিক থিপা, লায়রিক হায়বা, য়ায়ী লৌবা অমসুং পেনা শকপা অসিগুম্বা মথংগী মীনা লাইগুরোল য়াম্না থংই। স্কুলগী ছাত্র-ছাত্রী অমসুং আই-এ ; বি-এ ; এম-এ নচিংবা নহারোল লায়রিক য়াম্না হৈবশিং লাইগুরোল থংদবনা য়ামই। লায়রিক কনা য়াম্না হৈদ্রনা অফিসার অচৌবা ওইদ্রনসু মরৈপাক্কী লাইগুরোল থংদবা য়াদবনি। মযুমদা শ্রাদ্ধনচিংবা কর্ম্ম তৌবা তারবদা, চংদবা য়াদবগী তগাইকদনা সংকীর্ত্তণ মপুং চংবদা লাইগু থংবা, লায়রিক হৈবা নহাগী মতৌ য়েংদ্রনা ভাবোক নোকপসু য়াউই। ছাত্র ওইরিতে-দগী লাইগুরোল তমহোগদবনি। কনাগুম্বা অমনা মথুংনা মশাগী মমিং ইবদা শ্রীযুক্ত হাপই। কনাগুম্বা অমনা মমাদা পীনবা চিঠি ইবদা, মকোক্তা "শ্রীমতি ইমা ইবেম্মনা" হোই। মসি লাইগু থংদবা কৌই। লাইগু থংদবা মীবু মীনা ব্যবহার তৌবীদে, হন্থবা মিৎয়েংনা য়েংবী। দেশ অমগী লাইগুরোলগা দেশ অমগী লাইগুরোলগা থরা খেন্নবা য়াউই। হৌজিক মণিপুর ভারতকা অমত্তা ওইনা তিন্নরে, ভারত নত্তবা অতোপ্পা দেশনা, মৈতৈ মচাবু ইণ্ডিয়া মচানি (Indian) হায়না থংবীরে। ভারতকী প্রদেশ খুদিংগী লাইগুরোল থংহোল্লবদি মথোয়গা তিন্নকবদা মৈতৈ ঐখোয়বু হন্থবা মিৎয়েংনা শোইদনা য়েংগনি। মরম অসিনা ভারতকী প্রদেশ খুদিংগী লাইগুরোল থংগদবনি। মণিপুরদা, নিপাগা ফুগী অদোম্না অমগা টৌলোক্কদ্রনা য়ারী য়াতাই শাবা য়াবগী মতৌ অদু লৌরদ্রনা মীগী দেশদা অদুম তৌরবদি অণাওবা তারগনি। ঐখোয়মীদি, মী